কোংজবা—
শ্রীঅচোম ইবোবী সিংহ




অহানবা খুৎনম
কোপী—১০০০

নম্ফম—
দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস,
ইম্ফাল।

কচেঙবা

ইপানা ধর্ম্মনি    ইপানা স্বর্গনি
ইপাতনি অথোইবা মাইনি;
পেলগা ইপানা    চাঙ্গগা মহাক্কা
পেনবী চানবী নাইমক্কা।

… .. …… …… সোবায়ু ইপা-ইবুংগো!
সায়র-খুদোল নচাগী।

বীরসিংহ

# য়াৱোল খরা

ঐগী লাইরিক অসি সামাজিক নাটকনি। হৌজিক্কী রূপমহল অসিনা য়াংখৈ থাঙ্গপাৎ মপালদা লৈরিঙৈ ইং কুমজা ১৯৪৭ কী ফেব্রুয়ারী তাং ৮ দা ইহান হান্না মঞ্চদা উৎপা হৌখি।

অশুক কুইরবা অসি ঐনা লাইরিক অসিবু ছাপা তৌহনা পুথোকপগী য়াথল লৈজরুদে। লাইবক ফবদগী মণিপুর সরকারনা লাইরিক ছাপা তৌনবগী তেংবাং খরদংগা পীরকপনে ঐগী ইয়াম্বা শ্রীখুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহনা ঐবু হুংশিবিহনা থৌনা হাপ্পীবনে অনি অসিনা মরম ওইরহনা লাইরিক ওইনা পুথোকপা ঙমজরে। মৈতৈনা ইবা মৈতৈলোনগী সামাজিক নাটক ওইবনা য়ুম্নাক শাগৈ মিং লৈকাই য়াওনা চরিত্রশিং অসি শাগৎচৈ অহুবু মসি অপাম্মনা মীশক মীওং অহুদা পাল্লসহু হায়বা য়াথলগা লোয়ননা ইজবা নত্তবনা অকায়বা য়াহৈ য়াতা থৌদোক য়াওরম্লবস্নু ঙাকপীয়ু।

ঙসিদি ছাপা তৌরবা লাইরিক ওইরবনিনা ঙসিগী অমদি হয়েংগী মণিপুরীশিংনা লাইরিক অশুম পারকপদা ঐগী হুংশি-লম্মল হায়বা নাটক অসি করিগুম্বা পাবীহনা অফ-ফত্ত নৈনবদা য়াওবা ফংজরবদি ঐনা লাইরিক অসি ইবগী অয়াবা অহু কোল্লে হায়না খল্লগনি।

ঐনা রূপমহলদা হৌবদগী য়াওজরক্লবা অমা ওইবনা হুংশি-বীহনা ঐনা ইজবা লীলাদা খ্বাই চংহনা মথয়াই হাপ্পীবা অসিগী লম্মলদি কনাগুম্বনা লাইরিক অসি নৈনবদা অফবা শরুক য়াওরক্লবা মহু রূপমহলগী কলাকারশিংগীনি হায়না কথোকচবা অসিনা ওইবীরো।

মৈত্রম বীর সিংহ
ইম্ফাল।

# লীলাদা চংবা মীশক

| নিপা | অহানবা উৎপদা শরুক য়াথিবা |
|---|---|
| ১। শেলুংবা—ইবেমচাগী মপা | · শ্রীমৈত্রম বীর সিংহ |
| ২। তোম্বাও—শাজৌগী মপা | ··· শ্রীখোকচোম মনাও সিংহ |
| ৩। লাপা —লায়রবা নিপা অমা | ··· শ্রীসৌখাইজম ধীরেন্দ্র সিংহ |
| ৪। গোপাল—লালাগী মরূপ | শ্রীলাইশ্রম বীরেন সিংহ |
| ৫। শাজৌ —তোম্বাওগী মচা | ··· শ্রীলাইশ্রম নেত্রজিৎ সিংহ |
| ৬। তোমাল—শাজৌগী মরূপ অমা | ··· শ্রীহুরাইবম নীলমনি সিংহ |
| ৭। মনি —শাজৌগী মরূপ অমা | ··· শ্রীখুরাইরাকপম রণজিৎ সিংহ |
| ৮। কুমার —ইবেমচাগী মবুং | ··· চৌংথাখম বিনোদ কুমার সিংহ |
| ৯। চাওম্বু —লৈকাই অহল অমা | ··· শ্রীবিজয়মা সিংহ |
| ১০। নিপা — অঙাওবা | · শ্রীইবোম নবকান্ত সিংহ |
| ১১। পথিক — | ··· শ্রীরাহেংবম সেলুংবা সিংহ |
| ১২। চাওবা —লালাগী ময়াম্বা অহল | ··· শ্রীচোংথাম রাজেন্দ্র সিংহ |

| নুপী | |
|---|---|
| ১। ইবেমচা—শেলুংবগী মচানুপী | ·· শ্রীমতী নোংমাইথেম নিঙোল বিমলা দেবী |
| ২। তোম্বী —লুখ্রা মোনহা | ··· শ্রীথম্বাল অঙৌবী দেবী |
| ৩। ইবেমহল—লালাগী মচন (চহি ১০ গী অঙাং) | ··· ৺সাবিত্রী দেবী |

## ঈশৈ পানবীথিবা

৺লাইশ্রম গৌরহরি সিংহ।

# নুংশি লম্মল

## অহানবা মশাং

### অহানবা উৎপা

#### তুরেল মপান

[ সুমিদাং বাইরম— ইবেমচা বালটি ১, তোম্বীনা সনাবুল ১ পায়দুনা চংলকই – ইবেমচা ময়েক য়াওদবা টৈপে ওংই কোম কেংই—ময়ক থৎতুনা তোম্বীনা কংই ]

তোম্বী— নংনা ঙসাই হায়ববু নখোই পাবুংনা করি হায় হায়বা ?

ইবেমচা— ঐনা ঙসাই হায়বদো— ঐখোই পাবুংনা ইচেবু ওম্থোক্লা থাগৎখরে।

তোম্বী— করি হায়না থাগৎলিবা ?

ইবেমচা— ইচে তোম্বীগুম্বা মী অসিদি লৈকাই অসিদা তাতাংবনি ; কনাগুম্বা অমতনা ইচেবু লুখ্রানি হায়বা খংদে, ব্যবহার ফজে, ইংই, তম্মী ইচেনা নরাইবক থীরকপা অসি ওম্থোকনা মুংঙাইখিদ্রে— ইচেবু পাবুংনা অতোপ্পনি হায়বা খনদে— অদুনা ইচেবু মবুকনিং মুংশিহনগনু— ইচেবু ঐগুম্না মচামকনি খল্লি—ইচেগী লৈত-লাইরা অপুম্বা য়েংশিল্লু ইচেগা নত্তনা কনাগুম্বা লৈকাই অসিগী মী অমতগা তিম্নগনু হায়— অদুদা ঐনা ইচেদি পাবুংবু য়াম্না কি ঐখোইদা চংগদবা হঙোই হায়, পাবুংনা অমুক—'করিগী কিরিবা-ঐদি নোংমতসু মাঙোন্দা মিৎনা

কন্না ফাওবা য়েংদে—ফুশীমচা হায়বদগী হেন্দে অতুগা করিগী হঙোইরিবা— হঙোইগন্নু মখোইগী পাবুংমকনি খল্লু' হায়— ।

তোম্বী— হায়'গুম্মদনা সত্য—লৈকাই অসিগী মহুংদা নখোই পাবুংমুক কিবা হঙোইবা মী লৈতে ।

ইবেমচা— অতুগা ইচেখোইদা ঐনা কুইনা ফম্বদো শাওবদি লাইরবুনা—ইচেখোইদগীনিবু হায়রবদি—'করি করি তৌবিরম্মী ঈশিং মৈশিং শোকপিরমহৈদে'— অসুম হায়রি পোৎনি ।

তোম্বী— হুমচৎসি ঐখোই অনিগী ঈশিং শোকপা অসি কুইমনখ্রে।

( ঈশিং শোকপা কুমখ্রে, নিপা অমা চংলকই )

নিপা— হাঃ হাঃ হাঃ অসুক ফুংশি হৈতবা— ঙসি নুমিৎ চুপ্পা অসি করি অমতা চাত্রবনিনসে— কনাসু পাই অমতা পীদে— করিগীনো ? মখোইনা ঐঙোন্দা পীগদবনি—ঐ মণিপুর শেমগনি ... লাইরবা অমতা লৈহল্লোই-- ইনাকখুনবা লায়রবা— ইনাকখুনবা লায়রবা—ঈশিং খোরাংখরেদা তুরেন্দদি ঈশিং য়াম্না লৈসে— ঐ নিংথৌনা করিগী তুরেল কুমহুনা ঈশিং থক্কনি—কনা লৈ ঈশিং ! হাঃ হাঃ হাঃ ফৈ থক্কে ।

( ইবেমচা তোম্বী ঈশিং শোক্লুনা হল্লকই )

হায় ! নখোই কনা কনানো ? ঈশিং থক্কেনা— আই মুপ্পা য়েংহুনা লৈ— ঈশিং থক্কেনে । ( তোম্বীনা কিনা ঈশিং হৈবা ) বস— হাওখ্রেদা—দৎ করিগী কিরি--কিদৈ শরুক পৈশা পিয়্যু— ঐ নিংথৌনি—নিংথৌদি পৈশা নিগদবনি । পিত্রে— হাঃ হাঃ হাঃ নখোইনা পীদবদি ঙমগত্রা ? নিংথৌগী দণ্ড ফংগনি

—চৎখিবা য়াদে— কনা লৈ—পুল্লু পৈশা পিয়ু য়াদ্রে—
থৌরি-থৌরি। ( থৌরি অমা মথ্‌ৃ াংদা পুন্নিবা অহু লোথোকে ভোবা )

ইবেমচা— ইচে!

নিপা— কিবা য়াদে পুনগনি— ( ইবেমচাগী মখুৎ পায়গে ভোই )

ইবেমচা— হো ইমা! ( বালটি, সনাবুল হুন্দোক্ক্ুনা চেনখিবা )

নিপা— হাঃ হাঃ হাঃ— হাঃ হাঃ হাঃ (সনাবুল, বালটি পায়দুনা চংখিবা)

---

## ২ শুবা উৎপা

### লম্বী

( লালা চংলকপা )

লালা— ময়ুমদসু লৈতে— গোপাল অসি কদোমদা চংলমগবা! হুম্‌ ঙসি মাবু থংননবা খিদবা য়াদে।
( চংকে ভোবা তাঙ্গা অসিদা মচুংদা।

ইবেমচা— কনা লৈকগে ঐবু খন্না কনবীয়ু!

লালা— মুপীগী খোঞ্জেলনিনা! ( ইবেমচা হমা য়েংদুনা চেন্নকপা

ইবেমচা— ঐবু খন্না কনবীয়ু। ( লালাদা থংহোদনা কিনা কোনবা )

লালা—( চেন্নকপা মাইকৈদা য়েংদুনা ) করি তৌরবগে? ( ইবেমচা নিকপা ) করি অমতা কিগনু মসি অঙাওবনি।
( নিপা চঙ্‌লকপা )

নিপা— হাঃ হাঃ হাঃ মতা চানা থেংনরেদা— হায় অঙাওবা! মানত্তম হেন্না ঙাওদোরিদা— মসি করম্বা মীনো পুনগে হায়-

রগা পংচেন্দা চেল্লি—সে পৈশা পীয়ু য়াত্রবদি মসি লৌজৌ।
(সনাবুল বাল্টি পীবা)

লালা— করিগীনো নংনা মীবু পুনগে হায়রিবা, অত্তুম হৌনব্রা?

নিপা— করি— নংত্তুম পুনগে! (চংশিনবা)

লালা— ঙাইখোনে বা মেন তানা ঙাংনখিসি!

নিপা— কৈ ঙাংনসি, পৈশা পীয়ু!

লালা— (পৈশা লৌথোক্ত্না পীবা) সে, সি লৌসে!

অঙাওবা— (সলাম তৌদুনা লৌবা) হাঃ হাঃ নং অফবা মীনি— নং য়াম্না অফবা মীনি— হাঃ হাঃ পৈশা—পৈশা— হাঃ হাঃ
(থোকখিবা)

(লালা, ইবেমচা, মখোই ঙসাই মখৈ অমনা অমবু য়েংনত্রি, খক উনত্রি, লালানা সনাবুল, বাল্টি লৌশিন্দুনা পীরে, মতম অদুদা মখোই অনি মাইয়োক্নরে, শক্তা ২ উনরে বা ঙাংনদে, মিং মরি চায়ৈ, তুমিন লৈনৈ, লালানা অচিকপদু খুগাইদুনা)

লালা— অঙাওবনি—মহাক চংশ্রে— কয়া থাপ্না চংপিগদবা—ঐবু থিগ্গরমখো·· ··· !

(ইবেমচানা বা ঙাংদনা নোকফেং তৌই, সনাবুল পাইখৎতুনা বাল্টি পায়গে তৌবদা)

লালা— অসিমদি ঐ পায়জগে—লেংঙসি!

(ইবেমচা হয়াওই মাংদা চৎপা ঙমদে তাক্না অসিদা তোম্বী চঙ্লকই মখোই অনিবু যুম্না অমুক্তং য়েংই অদুগা হায়রকই)

তোম্বী— হাইক্না ইবেম্মা! কৈ কিত্তুনা চেল্লগা শওম ওন্নরে—লাকও

লাকও চৎলসি, ইবুঙো মাহু ইচে পায়জরগে। (বালটি পাহবা)
ইবেমচা— ইচে অসিমা! (তোম্বীদা ইনবা)

---

## ৩ শুবা উৎপা

### লৈকোল

( খুৎশেমগী নিংথিজবা লৈকোল অমা, ইবেমচানা লৈ নাচোম অমা শেয়া মথবাই য়ায়া মুংঙাইনা ঈশৈ শকই )

### ঈশৈ

থাবলগী ইপোমদা ঙাওজরম্বী থাবল্লে
কনাবু ঙাইবনো তথক্লা য়েংবদি
থাজনা মমাই থৈথ্রগা
লৈরাংনা মাইথোং লাংশিনবা
ইংলবা থাবল অসে
কাইনবা মৈগুম শাবরা ?
মাললংবা নতারোই লাক্কনি রাক্লগম্ভু
লৈরাং নকা তম্না থিল্লক্কনি মাঞ্জ খোইমু।
শিঙেল নকা য়োরগা
খোইমুনা লাল্লবা অতাক্লা
হায়গে নিংজবা হায়ঙমদা
চিনবান থক-থা কংজ্রবা

য়েংহৈদেকো মিং'সিনা পলহৈদেকো চিনসিনা
লৈকাই মীনোক চাওবনি লৎনজন্ম শিঙেলও।

( ঈশৈ লোইবদা তোম্বী চংলকই ইবেমচাগী মমিং অনি অত্থু মখুৎনা খুম্মী )

ইবেমচা— তোম্বু সুংঙাইতেসে থংডেদা কেতুকীনিদা!

তোম্বী— ( মখুৎ শাদোক্‌নুনা ) হয়ে কেতুকী ওইরেকো!

ইবেমচা- হে হে ইচে ওইরে— কেতুকী অত্থু মহৌশা অসুম য়াম্না তৌগল্লি, অত্থুদা কেতুকী ওইররোই নিংঙুরে!

তোম্বী—হয়েং কৃষ্ণ জন্মনি লাই খুরুম্বা চৎলুসিদনা।

ইবেমচা— কদাই চৎলুসিগে ইচে!

তোম্বী— শ্রীগোবিন্দ খুরুম্মুগনি, হনুমান ঠাকুর খুরুম্মুগনি অত্থুগা সুমিদাংনা লিকোল শান্নগনি।

ইবেমচা — লিকোলদি কনাগীদা শান্নগনি!

তোম্বী— হাইমা—নং য়াওরগবু কনাগীদা শান্নগনি হায়বগে— নখোইদা শান্নবসু মঙাইদনা!

ইবেমচা— ইচে ঐখোইদদি শান্নবা য়াদেসে, লিকোল শান্নবসে ঐখোই তামোনা ওম্থোকনা শাওখ্রে।

তোম্বী— হোইনে হোইনে লিকোল শান্নদ্রবসু লাইখুরুম্বদদি চৎলুসি।

ইবেমচা— কৈ চৎলুসি— সুমিদাং রাইরমদনিদনা?

তোম্বী— উম সুমিদাংরাইরম চৎলুসি! ( লাশা চঙলকপা উবা ) ইবেমচা! য়েংউনহায়—কনানো চংলকইবসে!

ইবেমচা – কনানো—ইস ইচে নহানগী মীদো—য়েংউ ইচে মশক

অসি হেক উবদা থংহৌদনা থম্মোই চোংলিবসে—ইচে ঐগী পুকনিংগী ন্নাদি থংলেদনা।

তোম্বী— অঙাওবী অসিদি—ঙাইখো মানা লাকলিবা অসি অসিন্নাইদা লৈশন্দুনা মতৌ য়েংখিশি।

( লৈশিনাখ, লালা চঙলকপা, কোইয়েং য়েংবা )

লালা— থোঙ্গাল অসিদা নৎত্রনে— ঐবু লাল্লবরা? ঐ লম্বী লাল্লে।

( চৎকে তৌবা, তোম্বী থোক্ধুনা )

তোম্বী — করি ওইরবনো য়েংবিরিবা অহুবো।

লালা — আঃ (অতোপ্পা মী অমা উবা ভৌকম থংদনা) সিবি—অসোমদা যণ মচা অমকা চংলকপরা হায়না য়েংজবনি।

( ইবেমচা থোরকপা )

তোম্বী — যণদি অমতবু চংলকতে—ঙসিগী অসি যণ থিবদি নত্তদনা য়েংবা লাকপা ওইরমদনকো। ( লালা চৎকে তৌবা ) করিনো য়াম্না ক্ষিংবিখ্রেদা—যণ অহু শিখিবা নত্রবদি মফম অমদা মরৈজরমগনি—ঙাইহাক্তস্ু মরেপ্পীখো হায়বা!

লালা— করি তাকপিগদবা!

তোম্বী— করিনোদা ইবুংঙো— ওন্ন তৈনরবা অসিবো! থোইম্ু পুকনিং তাদবনরা? পোমশাৎনবী লৈরাং উরগা শিঙেল মপাও হংদনা লৈরাং থোঙ্গুল লীদনা থোইম্ু শমাই লৈবা অসিবো! ঐখোইবু চীন্নাইদবী লৈরাংনি থল্লম’ল্লে—অহু ওইরবস্ু শিঙেল মকাইদা লাক্লবনিনা থোইম্ু মপাওদদি হংহৌবা তারেদনা।

লালা— হংদনা করম তাকসিগে থংদনা করম হনসিগে থনজরিবনি, অহুদা ঐনা অস্থম য়েংজবদা, লৈরাং লৈকোল উজবদা পাঙ্গল থোকপা ঙমজরুত্রে-— অহুম ওইনমক লৈরাং ইঙ্গিং ফংজরবনিনা হায়জরবনি--ঐদি লায়রবা মচানি, অহুগী মচানি হায়না হায়জনিংঙাই লৈজদে হায়জরগস্থ থংবিরোই মাইবম লালা হায়না ঐবু মুংশিবীবা মখৈতনা থংবিবা অহু মঙাই !

তোম্বী অহুদি ঐখোইগীস্থ হায়জরগে— হাওবম শেলুংবগী অমতা ঙাইজরবী মমোমনি মিংনা ইবেমচা কৌই !

( তোম্বীনা ইবেমচাদা অমুক্তস্থ বা ঙাংঙ, ইঙ্গিত তৌই—ইবেমচানা হায়কর থংত্রে—মচেনা হায়রিবা অহু মঙাই কায়বা তাব উৎলি—ইবেমচাদি য়ায়া ইকাইগল্লি মখোই অনি ইরবসি লালানা উয়ে নোকক্লেৎ তৌই—মরাত্রবা অহুদা তোম্বীনা অমুক কায়রকই )

ঙসিদা থংনবা মীদা য়ায়া হঙ্গোইদে করম্বা মীনো হায়না নোক্লবিগে হায়রবস্থ শোক্লবিয়ু-- অহুবু মরম অমতংদদি লৈবতাই— লৌশিং থেনবী নুপী'ননা করি মরমনো হায়বা থংজদে, লৌশিং চাওবা নুপানা মবম অহু থিহুনা ঐখোইগী পুকনিংদা চিংনরিবা অসি কোকহনবিরমদ্রিবা কাওবা চৎথিবা য়াদরে !

লালা— অহুবু থনবদা অরাবনি—চরা অনিশুনা চাবা ফংদবা ফদি ফরাথক্তা চাওবা, পলেম পম্থৌনা নাওকোন্দবা লায়রবা মচা হায়বা অসিদি চিশল্লক্লবা খুদোংথিবা তারক্লবা মতমদা য়ারক্তবনি। ইনাক থুনবা মচা— মপা মপু অচৌ অশাংগী মচা

হায়বা অসিদি মীবক তিল্লকপদা পানা থোবকপা চেকশল্লক্লগতা থংবনি। লাইবক থিরবা লমজা ঐনা করম্না চিংনবা কোকহনবা ওমজগদগে।

(তোম্বীনা খুম্ হায়না ইঙ্গিত তৌবা, ইবেমচানা লোম্না "করি হায়গদগে" হায়বা, তোম্বীনা)

তোম্বী— ইনাক খুনবা লায়রবা কনাগীসু পীবা ফম নত্তে, ইনাক খুনবা মচা, কেথোক মৌথোকপা, মাইথকপা কাংবু অতুদগী মুংশি চাওগনবা মীগী অন্নাবা থংবা লায়রবনা হেম্না লুনা নিংজে। থংজ্রেদা—করি হায়সিগে - থংনবনা কোনথরে মুংশিবনা হাল্লুরে হ যবা অতুনি —ঐথোইনা পামজবদি—লায়র-ইনাক খুনবগী থোইনা থন্দে—পুকচেল থোইজল তিন্নবা মুংশিনা পানবা— কবি হায়বগে ইবেম্মা।

ইবেমচা— (ইবেমচা মোমোন নোক্ল্না লৈ)

লালা— ঐঙোন্দদি স্বর্গ অসি খুংনা লাম্বা ফংবমুক মুংঙাইজে— অতুদা ঐদি পোকপদগী ঙসি ফাওবদা ইমান্নবা মরক তিঙজ্রি— অরু-অথেন মশক থংজত্রি।

তোম্বী— কান্নদেদা ইবেম্মা। মীনদি মুংশিবীদনা ঐথোইতনা মুংশিজরুতুনা হযেং পঞ্চিরমদাই মতমদা অন্নাবতা শরুক ওইনবনি।

লালা— ভাব অমবোমদা পুবিপ্রে ঐনা হায়জবদি মাতু নংচদে— জগৎ সংসার অসিদা লায়বব' মীবু কনানসু মুংশিবিদে— লায়ববগী মীচং লৈতে— ইতিক চাদমাল্লে খঞ্জতুনা হান্না রামাং যাঞ্জবনি অতুগী মথক্তা কবিসু লৈতবা ঐবু মুংশিবিরমগনি হায়বসিসু করম হাযনা থাজসিগে।

তোম্বী— ( লোল্লা ) হায়য়ুনে— ( কোংনা ) অহুগীবুদি খংগদবা লৈদনা।

( হবেমচানা পাইরিবা লৈ নাচোম অহু পীয়ু হায়না ইঙিং তৌবা )

লালা— ঐ চৎচরগে !

তোম্বী— লৈ নাচোম অমতদি চিনবীখো কৈদৌগে !

ইবেমচা— ( তুপ্পা চাংশিন্দুনা য়াম্বা ইকাইনা লৈ নাচোম অহু পীবা লালাসু লৌগে ; তৌই অহুবু পায়তৌরে ইবেমচাসু পীরে লৈবাক্তা তাখ্রে।

---

## ৪শুবা উৎপা

### লম্বী

( শাজৌগা, তোমালগা বান্নী শান্নুনা চঙ্লকপা )

শাজৌ — কৃষ্ণ জন্মনি বদাইরাইদা কোইরুসিগে ভায় !

তোমাল - হুমিদাংবাইরম ওইরকলে, তময়া কোরি চেল্লকলে অপাম মুংশি থুংদ্রিবা, আশাগী মহৈ য়াদ্রিবা, মুরা পাখং কয়ানা অথেন পোৎবা মওংগুম, হৈরাং লৈরাং নিংথিবা থরাই থক্তা হাপ্পুনা, তরু তনান ভৌখিনা লৈজবা থরা শেৎতুনা শ্রীগোবিন্দ খুৎস্বা য়াদি তন্না বারকলে— কানগী পাখং তনাপ্পা মুরা পুকনিং শুমহৎপা ঐখোই অহুক থাকইদো—অহুনা শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌরুসি, অপাম্বা লৈরাং খলহৌসি মপুগী চরন্দা নিহৌসি।

শাজৌ— সত্য রাঙাং বাতগাকসি ফজরকইদা শোইদ্রে ভাই নং থরা লৈরবদি পেনা শকপা অমা ওইরক্তুনা শোয়নিকো।

তোমাল— হে পেনা শকপা ওইরক্লগা করিগী শোইজরুগনি হায়বগে, সত্য পেনা শকপা অতুতা ওইজগে হায়তুনা লাই খুরুম্নীবনি—, পেনা শকপা হায়বসিদি সত্য লৈশাবী মৌ-নহানা ওম্বোক্সা পামজখ্রবনি— পেনা শকপা অতুনা খুংলং ইশৈদা ! ( সুরদা )

শাবী থংলেন ইমানগী মচামক্তবু পাম্মুবী
পাম্মুই নগুং লাংগী দমক্তনিবু হায়রবদি
সুরাগী ছুরি খুংতা পাই পাখংগী থবাক মতা ফবদা
ইমুগী ফিরাক খাইরবসুনে সুংশিবা
সুংশি নগুং লাংগী দমক্তনিবু হায়রতুনা
পাখং থবাক লোংনা হা য়ারম্মগেনে পাম্মুবী !

শাজৌ - বেশ, বেশ ; মথাদি — !

তোমাল— মথাদি ঐদি তমস্থ তমজ্রিডৈনা কদাইদগী শকপা ভমগ-দগে, পরেং অসি পেনা শকপনা থক থাগৎলকপা অতুদা, লৈশাবী মৌগী জাৎ ফম্বা য়ারকপা নত্তে— অতুনা মখোইনা পাম্বদগী পাম্বা হায়বসি পেনা শকপনা মথমলে—

( হয়া য়েংবদা লালাগা ইবেমচাগা লাকপা উবা )

য়েংঙু লৈশাবী মৌ অমগা পাখং অমগা কয়া মন তুংঙাইনা লাকলিবনো ?

শাজৌ— ইস কজেনহাই— মসি অচম্বা মচাদি ওইরম্মোই !

তোমাল— লাই খুরুম্বদগী হল্লকপা মাল্লি, অসিরাইদা লৈশিন্দুনা করম্বা মীওংনো য়েংশি— !

শাজৌ— মসি মশক থংহৌদবা য়াদে।

( চংখিবা, লালা ইবেমচা খোরকপা )

লালা— ইচেত্নবু করি তৌরবনো. মানা চংহৌবত্ন কনাগীনি হায়রে!

ইবেমচা— ইচেখোইগী ইন্দোলখোইদনি—ভাইহাক্তা ভাইখিনবা।

লালা— করি বর নিরকপগে ?

ইবেমচা— য়েংখাই খিনগাই লৈতনা পুন্সি তোলোইনা পানবা, নিজরকই ; করি বর নিবিরকপগে ?

লালা— ঐগীস্থ নিজরকই !

( ওনখিন্নদুনা নোকপা, শাজৌ, তোমাল চংলকপা )

তোমাল— ( খোদেমত্নুনা ) ফজখ্রেদা সত্য !

শাজৌ - ফজৈনে— !

তোমাল— লং-গেকো। .খাইমু পুকনিং শুমহৎলিবী তোমশাৎনবী শিঙেলও, লমদম কৈদা শাৎপনো, লৈরাং নংবু উবদা লাইবক থিবা খোইমুনা রাখলগী ইপাক্তা লুপলিদো, কোলোই মিংলেন নিংথিবী, তম্নাবু ঙমজবা নপাওখোল তাহন্দুনা শকহেনবী—খোইমু পুকনিং ফারমখো, মুংশিবী !

লালা— লম্বীসি খরা চৎচগে !

তোমাল— লেংবীয়ু ! লেংবীয়ু !

( লালাবু থাদোকপা ইবেমচাসু চৎকে তৌবা শাজৌনা খিংদুনা )

শাজৌ— লৈরাং নপাও শেংলমদনা লেংঙগে হায়রবম্না শকহেনবী !

লালা— করিনো ইচিল ইনাওশা ঙসাই মথৈ তাগে হায়দুনা ভাববু কা য়াম্না হেল্লেদা— মৈতৈ মচা মশেলমক্তনি— করি ফজরিবগে !

তোম্বাল— করিনো কা য়াম্মা হেল্লে হায়রবদে।

লালা ইচিল ইনাওশিংবু মৈতৈ মচা নৎতরা? খনবদা ফনা ইকাইবা রানি, ফিংজেৎ লাকচেৎ উবদদি য়াম্মা চাওখৎলবা লাইরিক লাইশু হৈবা ওইনা উজে রাঙাং শাঙাংদদি য়াম্মা চাউখৎপিদ্রিনা... !

ইবেমচা— লেংঙসি .. ( চৎকে তৌবা )

শাজৌ— ঙাইখো ভায় ! ( লালা হনকপা )

লালা - করি ওইরবনো?

শাজৌ— করি ভাযনা হৌজিক হায়খিবা অছবু রাঙাং শাঙাংদি য়াম্মা চাওখৎপিদ্রি অসিরা? লম য়াম্মা হেল্লকলেনা, হৌজিক ঐখোইনা হাযখিবা অছদা কয়া য়াম্মা অকাইবা য়াওরছনা ভায়না পংঙাং ঙাংলিবনো - ভায় নং নোংমাইখেম শাজৌবু মশক খংত্রমাল্লেনে !

লালা— লমজাওদা চৎপা মশক খংদবা হুপীবু লংনবা ঙম্বা মীবু কবি হায়না খংঙু্গদগে খংঙু্রগা করি তোংজবগে—নত্তে অমুক্তবু হংজগেনে মাছবু চাওখৎপা হৌনবা খংবগী খুদমলা? —জগৎ অপূম্বনা লুনা নিংনরিবী হুপীবু লম্বীদা লংনছনা ইকাইবা পীবা অসিবু লাইরিক লাইশু হৈরবা হৌনবা খংবা সঙ্গ তৌবা মীগী শাজৎলা?

শাজৌ - ঐ নংঙোম্দগী হৌনবী তমগে হায়ছনা নঙোম্বা হংবা নত্তে, নং হৌজিক করি পাম্মী !

লালা— নং মা হায়ছনা পংতাক তাকপিগন্নুদা—অদোমদগী করি ফিদম লৌনিংঙাই লৈছনা ঐনবুদি করি পামজরুগনি করিস্থু

খংদবা হুইনা পংথোং খোংঙি হায়দুনা হুই অদুদা ওনশিন্দুনা চিকপা হৌনব্রা—লম্বী চৎপা মীবু লংনদুনা য়েনবা হৌবসি মরি'জেল ফবা চিংনদবনিদা !

ইবেমচা— লেংঙসিবা— !

শাজো— মচিনবু থিরিনে-

( মুংচম অমা থুন্দুনা লালাগী মকোক্তা শুবা লালা মকোক পাইদুনা তুথখিবা )

খংব্রা বদমাস !

ইবেমচা— কবিনো মী অমদবু অনি চংদুনা ফুবা হৌনব্রা— কনা লৈবগে মী হাৎকদৌরে !

( শাজো, তোমাল, চেনখিবা তোম্বী চংলকপা )

তোম্বী— কদাই কনানা য়েরম্মিবনো—হি মকোক কাইরেনা ফি মচেৎ অমতা

( ইবেমচানা মাগী রুমাল পুথোক্লুনা মকোকতা পুনশিনবীবা মমিৎ মমাইদগী ঊ তৈথোকপা )

লালা – ( মকোক কাংখৎদুনা ) ঐ কোক ঙাওরুরে—( মকোক মাদুনা য়েংবা ) কোক কায়রবোইবে - হুরানবশিং অদু কদোম চেনখ্রে ! ( হৌগৎকে তোবা তোম্বী, ইবেমচানা খাবা )

ইবেমচা— ঙাইহাক্তা তপথনা লৈবিথো—হোগৎলবদি তুগনি !

( লালা ফমথৈ )

---

## ৫ শুবা উৎপা

### শজোই মচা

( লালানা মখুৎ শমজুনা চাওবা চংলকই, লমন্নাই য়োবদা মন্নাবগী মখুৎ থাদোক্লুনা উখোংদা ভাজুনা কপ্পী )

চাওবা—( ভাংনা ২ চংলকপা ) পংভিদকো ইনাওশা, করিগীদমক্তা য়েন-শুনরুরিবনো ? মীনা ইপা চৈরবা ফাওবদা তাজুনা লৈমু—তেংবানবা 'সিদা লায়রবা অতোনববু কনানসু সুংশিদবনি—মীচং কনা অমত্তু লৈতবনি জগৎ অসিদি লায়রবগী জগৎ নত্তে, শাগৈ জাৎ ফবা ইনাক কৈরাক খুনবা মীতগীনি—মীগা খৎন-চৈনা তৌগদবগী শরুক কন্না নোমজুনা মীরক তিন্নবা অমুক্তা লাক্লসি—ঐখোইনা লায়ররিবা অজুকী মথৈ মীনা থিনা চৈবসু থাগৎপনি হায়না খনগদবনি—মীওইবনা ঐখোইবু সুংশিখিত্রবসু খ্বাইগী মংক্তা ব্রায়েল থৌদাবা তেংবানবগী মপু লৈরি হায়বসি কাওবা য়াবা নত্তে— লায়ববা অতোনবা ঐখোইগীদি ইবুংঙো মাঙোন্দা চংজবা নত্তনা বকিসু উপাই লৈতে, মতুং মনাও খক তৌগনু ! অসুন্না ব্র থোক লানথোক তৌজুনা কোর্ট কানববদা ঐখোইগী মাচংনি হায়জুনা চোংথোকপীনবা লৈবা নত্তে অজুগী মথক্তা লৈকাংঙ অসিনসু ঐখোইবু সুংশিবীয়োই। লায়ববা ঐখোইনা যান্না বিনা লুনা খনগদবদি মীনা থাজবা মীনা সুংশিবা অসিতনি--, ইযাম্বদি ভসি ফাংবা মী অমত্তগা নিংডাই শাংদানরক্তরি— মীরক তিঞ্জনবা মতমসু ফংজদে লায়রবনিনা তিঞ্জগেসু থঞ্জরুদে ! অতনা নপাঙ্গল চাওবক্লে হায়জুনা মীগা খক খৎন-চৈনা তৌকগনু, মাঙোন্দসু কায়কগনু। ( ইমুং চংখি )

লালা— ( ঙাইহাক বাখল ভোরগা ) হুপীগা চৎমিন্নরুবদা শোকপনি হায়বা তামো খংলম্লগত্রা ? ইস্—খংশল্লবদি— ! ঙাইহাক জ্ঞান মাংলুবদগী মিং পাংথোকলকপদা—মমিং ইরা চেল্লহনা ঐবু লাইকমরম্বা— মাগী পুক্লিং হুরবা শক্তম অদো—হুম নত্তে—মাগী রাথল অসি খনবা চুমদ্রে—ঐগুম্বা লায়রবা মীবু মানা গুংশিবা—, হুম— ওইথোক্তবনি—

( পোৎয়োম মচা অমা য়েল্লগা লুপা ১০ খক মখুৎা পায়হনা ইবেমহল চংলকই )

ইবেমহল— তামো—য়েংঙোই হুপী অমখক্লা নংঙোন্দা লুপা য়াঙ্খে খক পীয়্ হায়হনা ঐঙোন্দা পীরম্মীদো !

লালা— হুপী অমখক্লা ?

ইবেমহল— উম—, অদুগা মানা নংবুস্ু অনাবা ফরত্রা হায়না হংলম্মী— অদুদা ঐনা তামোদি করিস্থ তৌদে খুমখি, — হাইমা—তামো নকোক্তা ফি য়েৎলিবা অদু করিগীনো করি তৌরে ?

লালা—করিস্থ তৌদে !

ইবেমহল— ফৈ ফৈ করিস্থ তোত্রব দ , অদুগা য়েংঙোই তামো নং পৈশা ফংলবনিনা ফনেক অমনে ফুরিৎ অমনে ইনফি অমনে লৈবিয়ুকো !

লালা— পৈশা অসি করিগী পুরকইবনো ?

ইবেমহল— কনানা খংগনি হায়বগে—হুপী অদুনদি নংগী পৈশানি খর পুখো হায়রকই ; ঐগী ফি লৈবীয়ু হায়বা অদুদা পৈশা পাম্মুরদনা নং শাওশিন্নরিমাল্লে !

লালা— নং মতোইনরা ?

ইবেমহল— নং য়াম্না লিকখ্রবা মীনি নংঙোন্দ। হায়জররোই— তামোহন্দা হায়জগনি

লালা— মসি ঐগী পৈশা নত্তে—মখোইনা পীবান হায়রবদি পুখো য়াররোই হায়ত্তনা নঙোন্দা ঐগীনি হায়জল্লম্মীবনি —মখোইনা ঐখোইবু অরেম্বদগী ফংবা মীনা পীবা পৈশা পামগনি খন্দুনা তৌরম্মীবনি মীগী মরল চাগদবগী শরুক চরা নামতা চাহুনা লৈজগে থল্লিবনি। নঙোন্দা পৈশা পীরম্বা লুপী অত্থু অহল্লা নহান্না ?

ইবেমহল— মৌ নহা ন, মী য়াংই ঙোই মশক য়াম্না ফজে।

লালা উম্ মখোইন, পীবকপা শোহদনা ওইবমগনি। ( চংখিবা )

ইবেমহল— তামে—খাে ইসে চংখ্রে—মবোক্তস্ম ফদি মচেৎ অমা পুল্লি বদাহদনো মানা চংখ্রিবা অসে।

( চাওবা খোরকপা )

চাওবা কনা চংখ্রে ? যবা লুপামচা !

ইবেমহল তামো — !

চাওবা - কদাইদা চংখ্রব ?

ইবেমহল -- শিংজুমৈদনীনি হায়যে লুপী অমখক্তা মাঙোন্দা পীয়ু হায়তুনা এঙোন্দা লুপ ৫০ পীরম্মী— মতু ঐনা মাঙোন্দা পীক বদগী শাওতুনা মতু পীকনি হায়যতুনা চংখ্রিবা - !

চাওবা কযা কুহখ্রে ?

ইবেমহল -- চংখিবদা মঙাইরি !

চাওবা— ( খন্না চংখিন্দুনা ) লালা ! লালা ! ওম্মোকইদকো—ঐগী ইনাও অসে—কনা জ্ঞান তাবা য়াবা মতম ওইরবনি অহুবু জ্ঞান সুকতা তাব লৈখিদ্রে, কদাইদনো মানা হৌজিক অমুক চংখ্রিবা অসিবো—ইবেম্মা চংলু খুদৈ লৌরু—থিরুসি—(ইবেমহল চংখিবা ) করিনো মানা ঙসি নিনি হুমনি অসিদা তৌরকইবা মতা অসিবো—মহৌশা অসুম তৌরম্না মী নত্তে ন্না ফাওবা কন্না ঙাংবা হৈরমদবা মীনি। ( ইবেমহল খুদৈ পীবা ) ইবেম্মা চংলু খরা থুনা চংলু উরবদি হেক কৌ— ঐঙোম্দা তাক-লকউ—। ( ইবেমহলনা মখুং খমহুনা চংখিবা )

---

## ৬ শুবা উৎপা

### লম্বী

( শাজো, তোমাল বারী শাহনা চঙ্লকই )

শাজো— ভায় তোমাল ঙরাংগী লৈশাবী অহুতা উহনা লৈথ্রে—কাওবা য়াখিদ্রে ! ঙরাং ঐখোয় খরা ফিংমনখ্রমাল্লে !

তোমাল— লৈরাং খোঙ্গুল লীবদি খোইমুশিংগী হৌনশানি শিঙেল রাখন্দা। লুপ্লদি খোইমুশিংগী শাজৎনি অহুবু অফ ফত্ত খন্দনা—অশাওবনা মাং ওইনা— লৈরাং লৈখোং শংহবা, মরাইবক থীরবা খোইমুগী মশা শাগল থুদেক্কুনা মালেম থক্তা তাহল্লুবনা লৈরাং খোংগুল লীহৌদ্রে।

শাজো— নংগী কবিতাগী রাঙাংসি ঐ-পু-থাংবা ঙম্মোইদৌরি —নত্তে হৌজিকপু করম তৌসি হায়বগে ?

তোমাল— করম তৌসি হায়বগে … । কোলোই মিংলেন খংহৌ-
ত্রে— লমদম কৈদা খিরগা শিঙেল মাবু ফংগনি তাও ঐগী কবিতাসি · মুমিৎ চীংয়া থাংলক্লে, তময়া কোরি চেল্লক্লে— মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী, প্রকৃতি কৌবী শকহেনবী অমুবা ফিজোল হোংলক্লে— শমলাং চোইনা হাৎলক্লে— পোম্বী চেক্লা খিবিক্লা মপাম লমদম য়েংতনা চেক্লা শাখপ তোইরক্লে, অহিং চাকতাবা জীবনা খোমলেন মীকপ থোক্কুবা মতু মমান খিংলক্লে ।

শাজৌ— আঃ খরা লৈরে মুমিৎ চীংয়া থাংলক্লে, তময়া কোরি চেল্লক্লে, ওকলে—ওকলে ঐ করি অমতা তাজনিংত্রে !

তোমাল— কবিতাগী রস য়াওদবা … কবিতাবু পামদবা মরূপ নহাক্লা মুংশিবা করম খংগনি মরূপ নংনা হায়খিবা মুংশিবা হায়বা রাহৈদো— রাহৈ অতুতবু খংবনি— মুংশিবা মশক খংদরে !

শাজৌ— করম্বা

তোমাল— মুংশিংবা মশক খংদনা কবিতা ইবা য়াদেদো— কবিতা মশক খংদেদো—কবিতা মগুণ খংদনা মুংশিবা মশক খংদেদো —কবিতাগী হৌরকফম মুংশিবা, মুংশি ইপাক্তা তাত্রিবা মুংশি রাখলদা লুপত্রিবা কনাগুম্বা কবিনা কবিতা ইবা ঙম্বগে— কবিতা মগুণ খংবগে ?

শাজৌ— অতুদি নংদি মুংশিবা খংত্রা মুংশিবা হায়বহ্নু করি পোৎনো ?

তোমাল করিগী মুংশিবা মশক খংদনি— য়েংঙোই ভায় থাঙ্গে শেংব প্রেম, মুংশিব হায়বা অতুদি থম্মোইতদা লৈগদবনি—

চিন্দা কোংদোক্কইবা, "ঐ মাবু ন্থংশি" হায়নরিবসি ন্থংশিবা নত্তে অপাম্ব'ন, কনাগুম্বা মী অমনা কনাগুম্বা অ'বু ন্থংশিরবা মাহ্ থাঙ্গেশেংনা ন্থংশিরবা—অশেংবা প্রেম হায়বহ্ ওইরবদি চিন্দা মাবু ন্থংশি হায়দোকপদা ঙমলোই— ঐনা হায়রিবা ন্থংশিবসি মচা-মগু, মচিন মনাও মমা মপাগী রা নত্তে—হৌজিক কালগী ভায়খোই এখোইগী লেঙ্গানা নারিবা লাইনা ন্থংশিবা হায়বা অত্তুগী রানি !

শাজৌ— চিন্দসু সুকহাই হায়দোকত্রবদি করম খংগনি।

তোমাল— হাঃ হাঃ মিৎয়েংদা, রাঙাংদা-শাজৎতা খংগদবনি !

শাজৌ— মিৎয়েংদা করম তৌই !

তোমাল— চিনবান্দা মোমোন নোক্তুনা মিৎচিনা হাইফেৎ য়েংই।

শাজৌ— রাঙাংদদি ?

তোমাল— নিংদোল পিং পিং চোংনা মত্তেক মতেক ঙাংই—রা ঙাংঙমদাইদা নোকপনা হাল্ল—

শাজৌ— শাজৎতদি—

তোমাল— মাংদা চৎলগা— মোমোন নোক্তুনা হন্না হন্না য়েংঙি, লূরুক্লনা চৎলি—তুংদা চৎলগা নাকযেত্তা মীনা কৌবা তাদবা মথৈ মুন্না য়েংহুনা চৎলি— মাংদা তুবৎ শমহুনা চৎপা ঙমদে মাংদা নক্লা চৎলবসু তুংদা লৈথগদবগী লাক্লে !

( মনি চংলকপা )

মনি কদোম কদোম চৎপিগদৌরিবনো ?

শাজৌ— এ মনি বাবু ঐখোই কোইক্লসি হায়হুনা লাকলিবনি।

মনি ঙাইখো শাজৌ বাবু ঙরাং করি করি তৌরুরবগে !

শাজৌ ওরাং!

মনি— উম্ ওরাং মুমিদাংরাইরম।

শাজৌ—কম্রিসু থোইদোপা জৌদেনা!

মনি— থুপকম্মুদা!

তে মাল— করিনো ওাঁস ভাবনা থানাগী বাহং তৌরবিবা অসিবো!

মনি— পুকচেল .শম্ববানিনা চুম্না হংবা অসিসু থানাগী বাহং মাল্লরিনি ঐনা হংজরিবা অসি মরূপ মপাংগী ভাবতনি— কবিগুম্বা থানানা হংলবদি খুদোংগবোই।

তোমাল— মথোইবু থানা ভাবল হাযবনে— সত্য ঐ রাওদে— উম্ লাইনদি যাবোই উদি উকৌই।

শাজৌ—মথোইনা থানা গাকতুনা শবি তোগনি হায়বগে দাবোগা বাবু অহংবু মপাগ .পাকমিন্নবা মখুরানি হাযত্রা দেম কিয়ার লুপা লিশি লিশিং চংকদবনি—মত্ত লরাইদগী ওইরিনি- মানা খংদহুনা তৌবিবনি, হৌজিক কালদি খাথোক লাম্বোকপা পুম্নমক মরম লৈতবনা ওম্বা মুগনি মাত্রম ফাদোক তাহনগে, নত্তে ভায় মসি বাসি তাকশিংসি— ওরা গী লুপা অতুগা লোইনরকপা লৈশাবী অতু মশক থংত্রা?

মনি - মীগী মচা অংবু অতুম ফুব্বিবা হৌনবরা?

তোমাল— মানদি লেশাবা অমা পুরগা ঐ মত্তাইরে হায়না কম্লে অতুদবু য়ৈদবা য়াত্রা?

মনি - হুম্ বাবুথোই গাবিত্রিবরা - লুপী পুতুনা চংপা মুপাদি নিংথৌ ফ ওবনসু লমজাইনরিবনি।

শাজৌ—ভাইখোদা ঐনা হংলিবা অসিতুম খুমখোদা লৈশাবী অহুমু মশক খংত্রা হায়রবনি !

মনি— ঐনা তাকনিংদহুনা তৌবনি খংঙিনে !

শাজৌ— ভায় খংলবদি অমুক্তা তাকউবা !

মনি— শিংজমৈদা লৈব হাওবম শেলুংবগী মচানুপী ইবেমচা হায়বী অহুনিদনা !

শাজৌ— বেশ ! বেশ ! ভায় মহুগী লৈশাবীহু লোদবা য়াদ্রে !

তোমাল— ঙসি কোইরুসিদনা !

শাজৌ— কোইহুনা মতম মাংহনবগী দরকার লৈতে, য়েংঙোই মহু শীবা ঙম্বা মীদা লুপা লিশিং অম !

মনি— হে মাহু য়োরবদি লোইবে— মাগা যান্না চান্নবী তোম্বী কোবা মোনহা অমা লৈ-- নখোইগী রৈনবগী রা অসি মানা তন্নম্বনি ঙসাই পিশুম খোংদা খেংনৈ মহাক খবক অসি ইলাই লাইন ঙমগনি !

তোমাল— তোম্বী অহুদি ভায়গা কয়া মুন্না খংনবা মীনো ?

মনি খংনবা হায়ববু ঐখোইগী অরাং খংবদা লৈরম্বী লুখ্রা ওইর-হুনা মপামদা লৈখ্রবনি ।

শাজৌ— বেশ—ইরুজনিংবগা খোং তেকপগা— চৎসি ভায় তোম্বী খোইদা চৎলুসি-- !

মনি – চৎসি !

( মনি, শাজৌ, তোমাল চংখিব। ঈশৈ ঙংহুনা গোপাল চংলকপা। )

**ঈশৈ**

হায়য় লৈরাং শকফেনবীও করি পুকচেম্নো।
মিংচি তেন্না থাবিছনা খোইমু থম্মোই কাইহনবদি !!
মিংচি লাংবু থাক্তুনা খোইমু ঐবু ফারগা
কল্লক মাংদা পেন্নগেরা !!
মালংবা নংসু ওইববোইদো লৈরাং মাগী মিচং
পম্বোগী লৈকোল সুংত্থদা লৈকা ফম্না শাৎলিবী
শিঙেল ৺তারক্তগী নুংশি মপাও পুরক্তুনা
খোইমু থম্মোই কাইহল্লগা লৈরাং মাবু পেলহনগেরা করি
পুকচেম্নো !! (লালা চৎলকপা)

গোপাল— হাব—লালা কদাইদনো ?

লালা— ঐ থবক অমত্তা চৎলুগে— (চৎকে তৌবা)

গোপাল কদাইদনো—কয়া লুবা থবক্নো, অছুক য়াম্না ফিংঙিববো।

লালা— মী অমতা উন্নহৌরুথিগে— মমখ্রবদি কয়া মুংঙাইররোই তৌবনি।

গোপাল— হায় নকোক্তা ফি পুল্লিবা অছুাদ করি তৌরে নকোক কায়রবরা ?

লালা করিসু তৌদেদা !

গোপাল (চংশিন্দুনা য়েংবা) হুম নকোক কায়রেনা কনাগা য়েনক্লরে ?

লালা - নহান কৃষ্ণ জন্ম থুমিংঙা বামন লৈকাইদা মুপা অমথক্তা রা অমা অনি ঙাংনরুবদগী মুংনা থারম্মগা চেনখ্রে মশকসু কয়া মুন্না থংহৌক্লে, হুম নত্তে ঐ মী অমত্তা উন্নহৌরুগে তৌবনি।

গোপাল— কনা মীনো ?

লালা— কনাস্থ নত্তেদা ।

গোপাল— অত্থদি ঐস্থ লাক্পা তারে ।

লালা— হুম মাতু ওইরবদি মাংঙে নহাক অসিন্নাইদা লৈরম্মু মী অমখক্তা পে.ৎ অমা পীরম্নগা য়াম্না থুনা লাক্দবনি কুইরক-ওই— ঙসি ঐখোই অনিস্থ উন্নখিদবা য়াদে ঐ চৎলে ।

( চৎখিবা )

গোপাল— মী অমদা লানবা হৈত্রবা অসিদা করি সুংঙাইতবা লৈহুনা মকোক থুগাইবিরিবনো— ঙসি মানা চৎখ্রিবা অসি ফিভম অমা ওইনা ঙৌই ঐ ইন্নুখিসরা ?

( চাওবম', ইবেমহলগা চঙলকপা )

ইবেমহল - তামো গোপাল অসিদা কৈরে !

চাওবা— ইবুংঙো গোপাল !

গোপাল তাইবুংঙো—কদোমদনো !

চাওবা— নতাও লালাত্ত অসোমদা চৎখিবগাক উক্লৌত্রা ।

গোপাল— হৌজিক্তা অসোমদা চৎখ্রি তাইবুংঙো— করিগী ওইরবনো ?

চাওবা— ঙরাং অত্থস্ন কনাগনো য়ৈনরুই হায়বগুমস্থ ঙৌই অত্থগা ঙসি হুমিদাংরাইরম অসিদস্থ হুপী অমখক্তা মঙোন্দা লুপা খরা পীরৈ হায়ত্রা মাত্ত থিল্লুনি চৎপ্ত্রবনি হায়না নচম্না তম্মী, ইয়াম্বস্থ খংলৌত্রে - মসিগী মরম অসিবু নখোই খংলাকপরা ?

গোপাল - খংজদেনে তাইবুঙো ঐখোই অনি চৎমিন্নবা ঙসি তন্নেৎ-নিপাম্নি শুরে ।

চাওবা— মা ভাব অমা তৌখ্রে—কনাগা সঙ্গ তৌরিবনো খংত্রে, থবক ইনখাং শু-চৎপদস্থ মপুক্লিং চংত্রে—ইয়াম্বনা মাবু থবক শুদে হায়বগী ঙাংবস্থ নত্তে - নহা ওইরিবৈ অসিদা খরা নোম-নিকত্রবদি মমৈ খংদা তনখিত্নুনা ফুংঙাই য়াইফবা মচা মশুগী মতৌ ভম্বী অত্নুগীনি— অত্নুগা অহল-লম্মল লৈতৈৰ্ঙদগী ঙসি ফাওবদা ইয়াম্বনা মহাকপু রা ফাওবা কন্না ঙাংত্রিবনি—অত্নুনা ইয়াম্বা মঙোম্বা অত্নুক কন্না রারক রাতেম তৌনিংদে—য়ৈ চৈত্নুনা রারকদবা চহি মতাংস্থ নংত্রে—নখোই নশেল খরা রারক্নৌ নখোইনা খংলিবা অত্নুমঙাই নখোই নচিল ননাও মরূপ মপাং অমা অনি নত্তুনা অস্থুক চাওথ্রবা সনা লৈবাক অসিদা হন্না য়েংবদা কনাস্থ উদ্রবনি—মাদি ফনা জ্ঞান তাবা য়ারবনি— ঐনা মিৎ অসি উত্নুনা নোম-লিকপস্থ ঙম্বা নংত্রে, ঐগীদি তরাইথোক ওইখ্রে ভিক্ষাদা নিরবস্থ শিবদি শিররোই, অত্নুদা নচল অপিশক অসিমস্থ য়াওরিদো —অত্নুনা নখোইনা খরা হায়বিয়ু— ; অত্নুদি ইয়াম্বা মহাক্না চৎখিবা মফম অত্নুদা চৎলরোই নহাক্না চৎত্নুনা য়ৈন শুনদনবা খরা খাম্বীরু।

গোপাল— ফনি ঐ চৎচরুখিগে য়ুমলোমদা লেংবীরো হুমিৎ তাশিল্লক্লগনি।

চাওবা— ইয়াম্বা হল্লগে— চৎসি ইবেম্মা — ( চৎখিবা )

গোপাল— ফনি, ( হুংশাম্বর মপি হোন্দুনা গোপালস্থ চৎখি )

---

## ৭ শুবা ভৈংপা

### লৈকোল

( ইবেমচা বানা বাখল তোম্বুনা লৈরম্মা )

ইবেমচা— মুপী ইমাম্বা নত্তবনিনা ঐগীদমক্তা অরাবা তাম্রবন্ন নাক্তা কমচুনা সেবা তৌবা ওমত্রেদো — তোনত্রেদা মুপী ওই-বগী মপোক, ঐদি মুপীনিনা মুংশিবা মাগীদমক্তা, পাঙল থোকপা ওমত্রেদো মহাকনদি ঐগীদমক্তা অরাবা মাইরোং য়াথিদো, ইবুংঙো হল্দকী মতাং অসিদদি ননাওনা মাইরোং য়াবা ওমখিত্রে, ননাওগী মতম লাকপদা মুংশিবা নংগীদমক্তা য়াইবী থরাই থাগেকো ! ( লমজাওরোমদা ওন্দুনা )

ইচে তোম্বীচু লাকত্রেদা করি থোক্লরিগবা — পাও তানিংবনা লৈফম থংত্রে— করিগুম্বা ফত্ত-মুংদা থোক্লম্লবদি কমদোবা ! ইশুং লা'গী দমক্ত'ন করি তৌগনি — মুংশি লম্মল শিংনবা ঐশু মতুং ইনগনি ! ( তোম্বা চংলকপা ) ইচে কম-দৌরে—থেংনরকপরা ?

তোম্বী — ঐ মশাদি থেংনরকত্রে, হেক চংঙগদোদো মহাকী ময়াম্বা অমা লৈ হায় অচুদা ঐ চংভকত্রে — অচুগা পোৎ অচুমু পীরম্মে —য়েংতোই — মহাকী মচল চহি তরামুক শুরবী অমা কৈশেল কারুই হায়চুনা হল্লকই—থোঙ্গাল ময়াদা ঐনা চংবা ওমদচুনা কোইরু কোইরু য়েংলিভৈদা মাগা হেক থেংনরে মাঙোল্দা য়ারম পূম্নমক হংবদা করিসু থোইদোকপা তৌদবা ওইনা হায়রে মহোশাওম অচুম চংথোক চংশিন তৌই হায় ইসু মাগী

মচল মুপী অহু মুংশিগ্রেদা, মশক্লা কজরিবা মচিল মখানা ম্রো ম্রো লাওরিবা— অহুগা সত্য ঐদি য়াম্না চোম্লু রবনিনে, ময়ুম খংদবনিনা মাইবম লালাগী ময়ুম কদাইদনো হায়না পীওম থোং হেক লানবদগী হংবনা অঙাং অমত্তা উবা য়াত্রবনি— অহুদগী মচন মুপী অহু হেক উন্নবদগী পাও পুন্নমক মাঙোন্দা হংঙে লুপাসু মাঙোন্দা পীরম্মে !

ইবেমচা— মহাক করিস্নু তৌদে চৎথোক কোইথোকপা ঙম্মী হায়বা অসিদি ফরেদা।

তোম্বী— ইবেম্মা মুংশা খিৎ থিরনো করিস্নু তৌহৌজে।

ইবেমচা— ইচে ঐ লৈফম খংঙু্রবনি। ঐগা লোইনরুবদগী মীগী মচা অহুমা মকোক কাইখ্রে, মসি হেক খনবদা মুংঙাইতবনা য়ুমদা লৈবা ঙমত্রহুনা ইচেথোইদা চেঙরকইবা অহুনি— ঙরাংগী অহু মাঙোন্দা ফুদনা ঐঙোন্দা ফুহুনা ঐগী কোক অসি কাইরম্নবদি ওস্তোক্লা মুংঙাইরমগদবনি— ইচে ঙরাং মানা মকোক কাইখিবা— ঐন থম্মোই কাইহৌরবনি।

তোম্বী— হৌজিক্কি য়ারুরমুদা।

ইবেমচা— হৌজিকপুদি রাজ্রে ইচে— অহু, মাগী মচল মুপী অহু য়েংনিংখ্রেদা।

তোম্বী— অহুবু কৈদোই হায়বগে, থৌয়াগী জম্ম মুমিৎতা অয়ুক হেক কোইরুসি।

ইবেমচা— ফরে ইচে।

তোম্বী — ঐসু হল্লগে - মমশিল্লকদৌরে— ইমুং অহু ইচাই চাইহৌরি।

(তোম্বী চৎখিবা)

ইবেমচা— ফরে ইচে—শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো ননাইবু থৌজানবীয়ুকো —ননাইনা নিংজরিবা অসি থুংহনবীয়ু— ইচে তেম্পীগী মরা তারগা থরাই অসি থরা ইংইদা !

## ঈশৈ

লিরি হুম্বা নামিবা মলয়া, নূজাগী অৱাবা পাওসে
তম্বীরু মাঞ্জ ন'পদা ॥
ননাও লাইবক থিরবীনি কুপীগী জাংতা পোকপনি
মুংশি নাক্তা ফমতুনা
পাম্মু সেবা ফংজদ্রে ।
মুংশি নংগী নশুং লাংগী ননাওগী য়াইবী থরাইসে
থারগে হায়না লেপচরে
লাইবক থিবী ননাওবু
চানবীয়ুনে পাম্মুবা ॥
( ঈশৈ লোইবা ফাওব তারগা লালা চংলকই )

লালা—( নুপা ৫০, পুথোক্না ) অসি লৌশিনবীয়ু।

ইবেমচা— করি !

লালা— ঐ অসি লাইরবা পিতৎ পাত্তৎপা চারা নামতা চাবা মীনি অতুবু ওসি ফাওবা মীঙোন্দগী পাই অমগী মাল নিহুনা চারক্তি —সি লৌশিনবীয়ু।

ইবেমচা— মাহু ঐগী ইরম্নাইনি কনা অমতগীশু মরল নত্তে।

লালা— মসি ঐ লৌবা ঙমজরোই হন্না হন্না ঐঙোন্দা ইকাইবা পীব্বিগনু।

ইবেমচা— এঃ অদু ওইরে ।

লালা— ঐগুম্বা চাকনিবা অমদি মপোক তবেংলক লৈবা ওম্বনি হায়বা, ঐ যাম্না মুম্না খংজে— ইনাক কৈরাক খুনবা মচানি, ঐগী লায়রবা অসি কোককে হায়না নিংজরুবা নত্তে।

ইবেমচা— খংজরে ঐবু কবি অমত্তা থুংশিবিদে ওসি ফাওবা ঐবু অতোপ্পা অমা নত্তে হায়না খনবা ফাওবা ওম্বীদ্রি—হায়জরে ঐগী ইরম্নাইনি কনা অ তগী মরল নত্তে ঐবু থুংশিবিববদি ঐগী ইরলবু কনাগীনো —? পীবিবো ঐ খংজরুদত্থুনা তৌবনি (শাওনা লুপা লৌবা) ওস্থোকপনি ঐনা খঞ্জরুবগা মীনা খল্লম্বগা ওস্থোক্লা থাপ্নরমদে অত্তবুদি মীগী পুকচেল শংদনা রাখল জিশাং থারুবা ঐনা চোপ্নেনা কনানা ইকাইবা ফংগদগে।
(চৎকে তৌবা)

লালা— ইবেমচা।

ইবেমচা— খংজবে লংবিবো — কবি তৌগনি ঐগী ইরাইবক থীবনি।

লালা— ঐ লাল্লে— ঐ রাখল লাননা খল্লুরে।

ইবেমচা কদাইদগী লানগদগে লাল্লিবদি ঐনি মীগী পুকচেল খংজরুদবনা থোকখিবান।

লালা— নহাক শাওববা ?

ইবেমচা শাওজদে - শাওবা — ইত্তিকলা ?

লালা— ফবে ফবে ঐনা লাল্লে হায়জববা ফাওবা নহাক্লা শাওবা ফংত্রবনিনা, লৈহৌরো। (চৎকে তৌবা অমুক চংশিল্লকপা)

ঐ চংচরে। ( খন্না অমুক চংলুরগা মমাই লৈশিন্নকপদা মথোই অনি মখিং চান্নচ্নবা নোকমিন্নবা )

ঐ লাল্লে।

ইবেমচা— ঐস্মু লাল্লুরে।

লালা— কনানা চুমলমলে।

ইবেমচা – অসিনঃ। ( লৈ নাচোম পুথোক্নুনা লালাগী মনাদা চিনবিবা লালানা ইবেমচাগী মখুৎ অনি পাইবা ওনশিন্নচ্নবা নোকমিন্নবা )

---

## চপ্তুবা উৎপা

### লম্বী

( লালা গোপাল ভুংথ-মাংথা চংলকই )

গোপাল— ঐগী ঈশৈসি পংশক শকপা য়াদেয়ে।

লালা— ফরে—নংনা ঈশৈচ্ছু শকউ য়াত্রবদি ঐ মফম অসিদগী শুকচং চংলরোই। ( ফমথণ্ড্রে )

গোপাল— ফরে ফরে ইবুংঙো ঐ শকচরগে—

### ঈশৈ

হুংশি করি ওইরসিগে
নুঙ্গা রাখল থেনমল্লিনে।
হুংশি নগুং লাংগীদমক
কায়থরেনে ঐগী থম্মোই॥
হুংশি নপাও তাত্রিঙৈ পাম্মু কোলোই শেংত্রিঙৈ
হুংশিবনা হাল্লুরে রাখল লিশাং থারুরে॥

হুংশি ইপাক্তা লংথরগা খাম্বী মৈবু চুরক্লগা
মুয়া পুক্লিং হোংলগেরা মুংশি শমাই দৈরগেরা
পাথং পুক্লিং লেংদ্রিবৈ হুংশি চেংলৌ মুংত্রিবৈ
পাথং থরাই কল্লমখো হুংশি পাওমেয়খিকো
নূজা রাখল খেলমল্লেনে ॥

লালা— মরুপ নংগী ঈশৈ অসিদি ;

গোপাল— ভাইখো ঈশৈগী রা অসি থমখিসি রা অমা ভাংনসি—

লালা— করি রা ?

গোপাল— নখোইগী তাইবুংঙোনা ভাংবদি ঐ লৈকম থংদ্রবনি অহুগা নংনা কোইরিবা অসিস্থ থংগুরা করিনো মরক মরক্তুস্থ রাওরকই।

লালা— অওইবরা ভায় ?

গোপাল— ঐনা নঙোন্দবু মীনমগত্রা ? অহুগা ঐনা হায়হোগদবা অমা লৈ।

লালা— করিনো ?

গোপাল— হাওবম শেলুংবগী ইমুংসে ঐ য়াম্না মুন্না থংঙি নখোই ঐখোইদিনে মখোইগা চারোন মোরোম্নবদি হায়রুগহু—মখোই ইমুং চংঙবদা ফিদা থাবদি লাইরহুনা খোঙ্গুল রাই তৈ হায়বহুনি ঐখোইগুম্বা লাইরবা অসিদি ম থাইনা ওম্ভোক্লা তাখিগ্রে —মখোই মপা অহুগী মতাদি লম্বোইবা নত্তনা অশোন অনা চাকনিবগাক অসি চংঙবা য়াবা নত্তে লাক্তুনা ইল্লিবনি— ঐনা হায়রিবা অসে নংবু খিংবগী রা নত্তে— ময়মদবু অসি লৈ হায়বনি।

লালা অত্বু ভায় থুংশিবা হায়বা অসিনদি মানা ইনাকখুনবনি ঐনা লায়রবনি থুংশিরুগদু য়াদেদো হন্দকী অসে ঐনা ভাকসু নত্তে নংসু খন্দুনা য়েংঙু নিংথৌগা চপ মান্নবা পাল্লিবা মাগী মচা থুপীবু ঐনা কোইবা ভস্বা হৌনব্রা— মাঙোন্দ ততুনা হায়জরিবনি ঐদি লায়রবা মচানি— মথিক নেম্বনা থা লাম্বগুম্বনি ইত্তিক ইপা চাদে হায়না।

গোপাল— ভায় থুপীবু থাজরুগদু অমুক্কা হেন্না থাঙনিংঙাই লৈত্রি-বদি অচৌ অশাং ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী থুপী অসিনি নংনা মাবু লৌরগা কদাইদগী পৈশানা খোংউপ, মুগা, শিল্ক সাটিনগী ফুরিৎ, ফি লৈগনি সিনেমা ড্রমা য়েংগে হায়রকনি মতুংসু কার গুস্বা অমদা লেংদ্রবদি খোংনা চৎপীরোঃ কমদৌনি — কাম্নদে লুনু, রাখল খল্লিভৈদা চরা শিৎননবনি— লায়রবগা লায়রবগা ইনাক খুনবগা ইনাক খুনবগা।

লালা— নংগী রাহু চুমদি চুম্মা— অত্বু থুংশিবগা মফমদা কনানা ইনাক খুনবনো কনানা লায়রবনো. লায়রবা মপাল থাবরা— ইনাক খুনবা মউ লিংবরা ?

গোপাল অত্বু পৈশা ত নবা থারিভৈ আসদা পৈশা খরা তাল্লু-থিাস — নোমদনা থুংঙাহবা য়াদবনি — অতুম্বা নোংশাগী ময়াদা শজি খক চেশিন্দবান— কবে'দর ময়াংদরা থবক য়াম্না লৈবা মফম অমত্তং য়েংঙুসি ইনাক খুনবা পৈশা খরতবু পাইরবদি মীনা ইকাই-খুম্নবনি ইহান হানবদা পৈশা লৈনবা হোৎনথিসি।

লালা-- নংনা হায়বা য়াম্না চুম্মী --ঐগ্নু থবক থিরমলিবনি, কদোম চৎসিগে মুম্না খল্লো— অত্থগা ঙসিদি ঐ মখোইদা অমুক্তা চৎলুখিগে।

গোপাল— ফরে ঐস্নু থবক অমা লৈ হয়েং উন্নসি! ( চৎখিবা )

( গোপালনা চংত্রবা— লালানা চৎকে ভৌবা মাইকৈ অদোমদা নুপা চংলকই )

নুপা— হায়! নং কদাইদনো—পৈশা পীয়ু,—য়াদ্রে নং করিগী ফি অমোংপা শেংলি—লায়রবরা হাঃ।

লালা— উম্ ঐদি য়াম্না লায়রবা মীনি!

নুপা— করি হাঃ হাঃ হাঃ লায়রবা--লায়ববা- হাঃ হা. হাঃ করিগী লায়রগনি—নপাঙল অত্থক কল্লি—লাও – থবক শুরুসি—নং তল্লগা লায়রবনি হায়বা যাত্রা—হাঃ হাঃ মসি ঙাওগদোরিবসে হায় অঙাওবা নুংশিরুগমুনে হেক্তা ঙাওবনিনে, মখোইসে নুংশিবা থংদবা মীনি ঐ বনানো খংএ্রা ঐ নিংথৌনি— য়েঙু-য়েংঙু মানা ওনথোইডুনা অরাব থাংলিবা অসে অঙাং অসিনা চাবা ফংত্রদুনা কপলি— ওঃ য়েংঙু ভগবান- মতু ঐগী ইচানি— চাক থক্তিক্তা পীজো -ঐ নঙোন্দা পৈশা পীগে হাঃ হাঃ হাঃ ঐনা নিংথৌনি, ইচানা চনা হেল্লবা— হাঃ হাঃ হাঃ যুগশনি মচানা চবা হেল্লগা মপানা নিংথৌ ওইডুনা নুংঙাই-খোক্নি, হাঃ হাঃ মীয়্ লি থ দবা শানি—হোজিক্তি মীওইব-দগী শানা হেন্না ফরবানি –নুংশিরুগমু কনাবুসু নুংশিরুগমু— হাঃ হাঃ হাঃ ( চংখিবা

লালা— ওস্তোকপনিদা মসিনা ঙাওরিবা অসে— ।

( লালা চংত্র, অঙোম্বা মাইকৈদগী শাজো, মনি, তোমাল চংলকপা )

মনি— করম তৌসি হায়বগে—ময়ুমদস্নু লৈতে কৈথেলদস্নু কাদে—!

শাজৌ— মাবু কদাইদা চৎলমগদগে ?

তোমাল— মা ঙসিদি হল্লকপা য়াইদনা ?

মনি— হল্লকনি !

তোমাল— হল্লকপা মতমদা উনবা তারেদনা।

শাজৌ— অদুগা মনি ভায় হোরেল উন্নবা মতমদা ঐগী মিং তাকপদি ফংত্রে !

মনি— করিগী ?

শাজৌ— নহানগী য়ৈনবা অদুগী রা অদু নিংশিংবদা ঐগী পাও পুবীয়ু হায়বা য়াগদবা লৈত্রে !

তোমাল— চুম্মী ! চুম্মী !

মনি— শকতি খংহৌদ্রনা ?

শাজৌ— শকতি অদুক য়াম্না মুন্না খংঙম্মোই !

মনি— অদুদি করি করম হায়সিগে ?

শাজৌ—ঐখোই বাবাগী মিংদা-হা অদুগী মচানি আদানি হায়বা তারে।

মনি— অদু ওইরবস্নু করে ··· এ আদা লাকএ হায় ! নখোই রা অমত্তা ঙাংগনুকো ! ( তোম্বী চৎলকপা ) এঃ ইতৈমা ঐখোই ইতৈমবু উন্ননিংঙ্গনা য়ুমদস্নু য়ৌরুরে।

তোম্বী— ঐ থবক অমতং চৎলুরে—করি থবক্কীনো ইবুংঙো করি রা লৈবগে।

মনি— ইতৈমা—ঐখোইবু ব্যবহার লৈতে হায়বিগনু—রা অসি লম্বী রা ওইনস্নু তৌরে।

তোম্বী— করি রানো হেক্তা হায়য়ুদা।

মনি— ঙ্গা অমত্তা থংবীয় হায়বনি।

তোম্বী— কনাদনো ?

মনি— ইতৈমগদি য়াম্না —তোরোং-খাদানৈ হায়না তাঞ্জে ঐখোইগী —শেঙ্গুংবগী মচা মুপী ইবেম্মা—ইবেমচাদা।

তোম্বী— কনাগীনো ?

মনি— বামোন লৈকাইদা লৈবা নোংমাইথেম তোম্বাওগী মচা মুপা-মীনি—হৌজিক হায়রিবা মুপা অসি মথুংতা লুপা লিশিং ১৪। ১৫ শিজিন্নরিবা মীনি— অদুগা ইতৈমনা থবক অসিবু যেশা অমনা ওইরে অমনবু ওইরে পাংথোকপা ঙম্নবদি—লুপা লিশিং অমা অরামন কৎচগদবনি।

তোম্বী— মুত্রেদা !

মনি— অমা অমদা হায়জগদোবস্তু- ঐখোইনা থাজবা মী লৈজদে—অদুনা ইতৈমনা হোৎনবিরবদি থবক অসি শোইবোই হায়দুনা লাকচরিবনি।

তোম্বী— অদুবু ইতৈমবু থংদ্রেনে—ইবুংঙোগী হন্দক্কী রাকম অসি মুত্রেদা—ঙম্মোই করমস্তু হায়গনি ঙমগনি হায়বস্তু ঙমদ্রে !

মনি— ইতৈমা অদু অদা শাংনগুমসি (লুপা পুথোক্লকউ হায়না শাজৌদা ইজিং তৌবা শাজৌনা লুপা ১০০ পুথোক্লু না) ইতৈমা সে—অসি লৌশিনবীয়ু অসিনা লোইবস্তু নত্তে।

তোম্বী— ইবুংঙো মতু ঐ লৌজরোই—মুপীমচা অদুগী মরা অমতং তাথিসি—অদুদি ইতৈমস্তু চৎলগে (চৎখিবা)

তোমাল— ফনি—ওহো-হো-ঐ কৈনো অমা তৌরে।

শাজৌ— কৈদৌরে ভায়।

তোমাল— ( থবাক পাইদুনা ) অসিদা য়াম্না নারে।

মনি— লেংঙিত্রা করিনো ?

তোমাল— ও নত্তেনে—নত্তেনে ওহো--হো হো— ।

মনি-— করি তৌরবগেনে ভায।

তোমাল— হৌজিক্কী—হৌজিক্কী-- অদুনা।

মনি— হৌজিক্কী হায়বদি করিনো ?

তোমাল— মৌ অসিনা মিৎচিনা থাবম্মে ঐ লৈবা ঙমদ্রে।

শাজো— হে হে তঙ্লেদা ঐদি চান্না নারবোই নিংঙুরে।

তোমাল - নখোইনদি নোকই—ঐদি লোইরে—হাই—হাই—ঐ মাগী মতুং ইঙ্গব্রগে।

শাজো— মাগী হৌনবা লৌখৎলক্লগদগনি মা ইঙ্গপ্রসঙ্গ ঐখোই চৎলসি ,

তোমাল— ঙাইখোনে—ঙাইখোনে— ( মানিদা কেন্দনা ) মনি ভায নংনা উপায় অমতা তৌবিয়ু হায়বনি !

মনি— অঙাওবা-- মৌনিনে—লুখ্রা ।

তোমাল— ওইজসন্থু—অ। নখোইনদি ঐন। চাকলিবা অসি থংদ্রি—ও মাগী মিৎচি অদো — ইস্- লায়রবা ঐগী মিচং লৈতে ভায়।

মনি— লাকও চৎসি ঐ লৈনে— ।

তোমাল— ঐগীদি পৈশা লৈজদে ভায় নংগী ননাই ওইরবনি।

( মখোং কোনবা )

মনি — চৎসি লাকও -হৌনদে—হৌনদে - ।

তোমাল - লৈরাংলক্তগী অহেনবী শিঙেল লাকগী অথোইবী থোইমু

পুক্লিং শুমহৎলিবী, মুংশি নওং লাংগীনি লাইবক চাওবা খোইমুদি অরাবা মাইয়োং য়ারগে পাইমা মুংদা লেপখ্রেদো— নাইতোম শাংপী লৈরাংও নওং লাংগীদমক্তা খোইমুনা শাখপ তোইরকপা— লৈরাং মায়কৈ য়েংহনা ইরান য়াইদা হল্লেদো—!

( মনিনা চিংহনা পুথি )

— —

## ৯শুবা উৎপা

### মাক্ষোল

( শুমিদাংখাইরম শেলুংবা খাট্টা পুখোক্তুনা হিসাব শুবা )

শেলুংবা— ওাঙোম তোম্বা অসি সেম্দোই পীদবা কুইরেনা থা অনি মথাই ফাজিল্লক্লে ফরে ওসি নিনি ছুর্মনি য়েংবিখিগে পীদা পীত্রবদি দরখাস্ত থারগে—শেল পুরমদাইদদি নে নে শিংওম-দাইদদি উচি মথুলদা— মৈতৈ হায়বা আৎ অসিনা মহাজন হাৎনবদা হোৎনবা ! (মফিমরোল নান্না শেৎতুনা কুমার পোরকপা) কদাইদা চৎকদৌরিবনো ?

কুমার— কৈস্থ চৎলোই ।

শেলুংবা— করিস্থ চৎত্রবদি নফিনরোল অত্থক নাননা শেৎলিবা অত্থদি করিগীনো ?

কুমার— চমোৎনহনা অস্থম লৈগত্রনে ?

শেলুংবা— ইয়া পাই অমা ফাওবা থোক্তবা নংনা অত্থক নান্না কুম্মৈ-ফিয়োং য়েংবস্থ শত্তনা শেৎ-চাবা হৌনত্রা — পৈশা

খোক্লবা লম্বীদি য়েংগে হায়ব্রম্বনা হুমিৎ চুপ্পা কেনবতা হোৎ-নহ্বনা—, ঐনা তৌরিবা থবক অসি হেন্দোক্লা ওয়বনি য়েংশন-গে হায়বদি লৈব্রম্বনা হুমিৎচুপ্পা কোই লংহ্বনতা মরৈ— ঐ লৈরিমথৈদি মফৈ-- ঐনা শিথ্রগা নংনা তৌহোগদবা অসি করিনো— নংনা নিংবৰু ঐনা থনম্বা লুপা লিশিং তরামুক অসিনা নপুন্সিচুপ্পা চলাইবা য়াগনি থল্লি— ইপা ইমানা থনম্বা ললনা ইরললি থনগম্নু—নশানা নোমহ্বনা তানবা শেল অহুতনি অশেংবা নরল। ঐনা নোমলিকলিবা হোৎনরিবা পুম্নমক অসি নখোই নচিল নৌপুরা অনিগীদমক্তনি, হায়না হায়নমক নচল অসিদি হুপীনিনা লুপা লিশিং অহুম মরি চংনা নং ঐনা পাম্বা হুপা অমা য়েংহ্বনা থাজথ্রগা লোইরে— পুম্নমক নংগী নথক্তা তাহোগদবা মক্তনি— ঐনা লৈরিভৈ অসিদা থবক ইনথাং তমহৌহ্বনা কারবারগী লম্বীদা চংহৌব্রবদি তুংদা নং য়াম্না রাহৌগনি—হৌজিক তমগদবা, নোমগদবা মতমদা নকে শেমহ্বনতা লৈরবদি মীওইবা ওম্বা হৌনদে— লাও'সিদা কম্মো লাও— ( ফুরিৎ লোখোক্লুনা মপাগী মনাক্তা কমথবা ) য়েংগু হিসাব মওং অস্নুম্না ওগদবনি ( তাকপা, ইবেমচা খোরকপা )

ইবেমচা— পাবুং ওসাই হুপা অমা লাক্লম্মী—দলিল অহু হৌজিক হুমিদাংরাইরম ইনহৌব্রবদি হুপা অহু হয়েং লংফৈ চৎথ্রনি হায়রম্মী!

শেলুংবা—ইয়া—ওসাইনা করিগী হায়দে—ইপাগী ফিরোল পুখোক-লকউ— ( ইবেমচা চংখিবা কি লোখোকলুবা ) য়েংওম্মু মীওোম্বা লৈবা শেম্না কয়ানো অহুগা শেন্দোইনা থা অমদা কয়া কারকপা

মুন্না পুথোকলম্মু ( কুন্নিৎ লিৎপা ) ঐ য়াম্না থুনা লাক্কনি। ( চৎখিবা )

ইবেমচা— তামো—কোইরুনি হায়বদাই কৈদৌরে—চৎপা য়ান্নরি-রোইদো।

কুমার— তুমিন লৈম্মু- হিসাব য়াদ্রে— চৎলু হিদাক হাল্লকউ, ঙাইখো— অতো নংগী মামনা পৃথিবা শেল অহু কয়ানি হায়বা—, কমদৌই মাল্লব্রা ?

ইবেমচা— মাল্লে-মাল্লে—তামো—য়াম্না মাল্লে— ।

কুমার— পাবুংনা ঐবু হন্নুহনদৌরে— করিস্নু লৈতবা হিসাব অসিবু পানা মতপ অমতা পুরকউ চৎলু— । ( ইবেমচা চংখিবা লালা চৎলকপা ) এঃ ইবেম্মা ! মী লাকই ফিদা অমতা পুরকউ তান্নিব্রা ?

ইবেমচা— ( মন্নুংদগী ) মাল্লে মাল্লে তামো— তৌখৎলক্লগদবনি তামোগী হৌনবা— ( ঙাংনা ঙাংনা থোরকপা লালাবু উবা পানা পিরম্নগা থুনা চংখিদ্রনা মোরা পুথোক্নুনা থাবা— লোল্লগ্না 'করি থবক্তী ওইরবনো ?' লালা নোকমি নোকমি তৌবা )

কুমার— ইবেম্মা—হিদাক হাল্লকউ — পানা মতপ অমগা, ঙাইখো চা হান্না পুরকখো। ( ইবেমচা চংখিবা ) ঐবু থাঙ্গশেংনা হায়জবদি ঙমদ্রে শক হাইফেৎ থংজবগুমদি তৌই অহুবু— ।

লালা— অহোই ঐস্নু থংজৈ ঐ থাগেমপল্লিদা লৈজৈ মিংনা লালা কৌই !

কুমার— ও ! হোয়নে—হোয়নে —ময়ুমদা লাক্লগা চাওখোকই হায়-জুনা ন্নারোংগম্নুকো !

লালা— এ করিগী, কাওবা হৌনৈ।

কুমার— করম পানবিরিবগে থরা হুংঙাই বিরিব্রা ?

( ইবেমচা চা পুরকপা )

লালা— বাবু লায়রবনবু অরা হুংঙাই মশক থংবা হৌনব্রা ?

কুমার— চা অদু বাবুরোমদা লানশল্লু ! ( নোকমি নোকমি তৌদুনা চা লানবদু কুমারনা ঊহৌবা নোককৎ তৌই—চা পীরমলগা ইবেমচা চংখি ) বাবু লায়রবনা কনানো—ইনাক খুনবনা কনানো— লায়র-ইনাক খুনবা করিস্নু নৈতবনি, লায়ররম্বা মী অদুস্নু মিংকুপ্তা লাক্ষপতি ওই—ইনাক খুল্লম্বা ঐ মঙাইরে হায়রম্বা মী অদুস্নু ভিক্ষারী ওইবা থংহৌবা নত্তে (পানা পুদুনা ইবেমচা চংলকপা) অসোমদস্নু ! ( পানা পীবা ) মীওইবগী মরাইবক অসি তম্বা ঙম্বা নত্তে—নোম্বদবু কল্লবদি সংসার অসিদা পাংথোকপা ঙমদবা থবক নৈতে অদুগা বাবু শেল নৈবা ইনাক খুনবা হায়বা অসিস্নু লাইবক্না তম্বা থরস্নু মরে—। অদুদি ঙাহাক ফম্বীরমখো— ঐ থবক অমতং— ইবেম্মা লাইরিক অসি লোইশল্লু—ঐ অসিরাই ফাওবা চংথোক-উখিগে। ( চংখিবা )

লালা— ফনি— ; ঐ থবক অমতংগী লাকচরি— ঙসাইদি খুম্বা য়াদতুনা খুমহৌদ্রে। ( অনিমক নোকমিল্লবা )

ইবেমচা— ওম্ফোল্লা কুইনা কুইনা পোৎপিগ্রে !

লালা— ওম্ফোক ওম্ফোকপা !

ইবেমচা— ঐদি মানম্বা হৈজদে অচুম্বতা ··· !

লালা— ঐস্নু অচুম্বতা খঞ্জে— অরানবা অমতা খঞ্জদে।

ইবেমচা— করি খনবিরিবা ?

লালা— লৈমা নিংথোকোন্দা শাৎপী লৈরাংদি— কয়াই-কানাই অচৌ অশাংগী নাপদা ঙানবা মহৌশানি— ;

ইবেমচা— লৈরাংবু হুংশিবা রাৎপিহুনা খনবিরিবনি শিঙেল লৈরাং ছায়বসিদি লৈমা নিংথৌকোন্দা শাৎতুনা কয়াই-কানাইগী নাপদা ঙানবা হৌনশা ওইরবস্তু লৈরাং মাবু পামজরুবা কনানা শিঙেল চার ফুক্কুনা আরামকোন্দা থারবস্তু শিঙেল পোমদনা তোক্তে লৈরাং কেন্দুনা মাংদে।

লালা— লৈরাং মাবু ফুক্কবা পাঙ্গল লৈজদবনা খঙ্গবনি !

ইবেমচা— লৈরাং মাবু হেক্তুনা লৈশেন্বা মপুদা কৎনবা পাঙ্গল অহু লৈরবদি— লৈরাং চারা ফুক্কবা শোইদনা পাঙ্গল লৈগনি— খংজরে—, নিংবিবা রাৎপনা মণ্ডল মণ্ডল খনবনি !

লালা— খম্মোইহুংদা লৈরিবা হুংশিবগী শক্তম্ হুংশিবগী রাদি কনাস্তু খংবিফম থোক্তে— অহুগা মসিমস্তু খংবীয়ু লায়র-চুদৎনবা ঐনা করম্বা আশাগী মথা পোন্দুনা নিংথৌগী শঙ্গাইগা মান্নরবা মফম অসিদা চংজরকইবনো ! ( শেলুংবা চংলকপা )

শেলুংবা— হুপীমচা নং ভামো লৈরিব্রা ?

ইবেমচা— চৎথোকখ্রে !

সেলুংবা— মসি মী ওইরোইদৌরি— ; এ নাহা অসিদি কনানো ?

লালা— ঐনি— !

সেলুংবা— করি লমদগীনো—করি থবক্তীনো ?

লালা— নমাই ঐ থাগেমপল্লিদগীনি – অসুম চুম্না চৎথোকচরকপনি !

সেলুংবা— থাগেমপল্লিদগী—কয়ুমনো ?

লালা— নমাই ঐ মাইবমনি !

শেলুংবা— মাইবম কনানা পোকপনো ?

লালা— ননাই ঐবু পোকপা অহল লম্মল অমত্তা লৈজদ্রে !

সেলুংবা— উম্—ঙসি ইপা রা হায়গে হঙোইগম্ম— ইপাখোইগা খ্বাইগী মীরোলগা তিন্নদে—শন্না হায়রবদা কোই-খোৎপদা কয়া হুংঙাইরোই— নংনা থাগেমপল্লিদগী ওইরবদি থুংদত্রনা তৌবনি শাওদে —অত্তুগা নখোই হৌজিক কালগী নহারোলগী শাজং অসি ইপাগা কয়া চুনদে নংনা ইচা হুপী পাম্মে অহল লম্মন থারকউ — কোইরংত্রনা অহল লম্মল পাল্লি হায়বা উশিং থৌওইদবত্র ঐ য়াদে—অত্তুগা নংনা লায়রবা মচা ওই-রবদি কান্নরোই—ঐ শিড্রিভৈদা লায়রবা মীদা ইচা হুপী কদৌঙৈদস্ম থাজরোই হৌজিক কালগী বি, এ, এম, এ দস্ম থাজ-রোই—চংলো— চংলো— ( লালা লুকথত্রশা চংখি ) মৈতৈ মচা উশিত্তবা হায়ববু !

( মপানা ওনশল্লকপা— উহন্দনা ইবেমচা শউম পিক্লা থোকখি )

## ১০ শুরা উৎপা

### অশী

( লালা রাখল তোনা মক লুকখনা চংলকপা )

লালা— ইস্— ইকাইখ্রেদা—, কয়াদা তোনখ্রবনো লাইরবা—, ইনাক খুনবনা লায়রববু তুকচবা অসি সংসারগী নিয়মলা— সংসার অসিদা লাইরবদগী হেন্না তোনবা লৈথিদ্রবা— উম্ ফরে ঐ ঙসিদগী হোনা রাশরুবনি - ঐগী লায়রবা খ্বাইনা তুকচনরবা অসি কোকত্রিমখৈ ইমান্নবা মরক ঙিনথ্ররোই, অপাম মুংশি রাখল তৌখ্ররোঙ, হে সত্য সত্যনা সাক্ষি ওই- সনু, অসুক তোন্না হিংগদগী শরুক শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না কৈ। ( ইবেমচা চংলকই )

ইবেমচা— য়াম্না রারৌবিরজ্রা ?

লালা— ( মোমোন নোক্ত্না ) করিগী রারৌরুগদগে— ঐনা ইমুং অতুদা চংবদ মতিক চাদবা অমা ওইবনা ইবেম্মগী মাই চোপ্ল- বনি—মসি কনাগীগু দোষ নত্তে—ইবেম্মতুম ঐবু রারৌগনু—!

ইবেমচা— ঐনা লানথ্রবনি—, ঐ হান্না হায়জহৌত্রে— ঐখোই পাবুংদি মী কোইবকপা অসি য়াম্না শাওই—পাবুং ইখং খং- হৌদনা চংলকপা অতুদা ঐদি পাখৎখরে, ঙসিদি খোইদোরুবু হায়দে মহৌশা অতোপ্পা মীদদি য়াম্না থীনা থীনা হায়রিবনি— মরম অসি হান্না হোদোকচহৌদবা ঐগী দোষনি—শাওবীগদবা পুন্নমক অতু ঐঙোন্দা শাওবীয়ু— ঐ য়াজরি !

লালা— ( ঙাহাক খল্লগা ) ফরে অতুদি—হৌজিক চংলদিদনা ?

ইবেমচা— অহুস্থ ঐগীদি করি অমতা হায়জদে !

লালা – ( ইবেমচাদা মুম্না য়েংই তপ্না হায়রকই ) ঐ নোংমা নিনিদং লংফে চৎলুখিগে - নংগী নমাই চোপহল্লোই—নংবু ঐডোন্দা পীবা মতিক চাই হায়বা পাবুংবু থংহনখিগনি— ; হৌজিক ঐখোই অনিবুদি চৎলনি—অহুবু পাবুংনা নডোন্দা পুকনিং নাবগুম্বা অমা লৈগদবহু ঐ খাংবা ঙমলোই !

ইবেমচা— ঐ করিগুম্বা অমতা হায়জগে। ঐগী ইশাদা পকলিবা সনা অসি সনা মোহোর তরামাথোই-নিথোইনি, অসি নত্তবা মোহোর তরামঙানা শাবা মরৈ পরেং অমগা মোহর অহুমগী খুদোপ থরগা লৈজে — ময়েক ওইনা ঐগী লম্নাই লুপা ৭০০ থকস্থ লৈ পুম্নমক অসি কায়থোকপিরগা মণিপুরদা লৈহুনা কারবার তৌবিয়ু—মীরৈবাক্তা লেংবিখিগস্থ—নোংমতা উদনা লৈবা ঙমজদবা ঐনা চহি অমা থা অমনি হায়বা অরেপ্পস্থ থংদনা করম লংফেদা লে'বিগদৌরিবনো (লিক. খুজি, নাইন লৌথোকপা) লৌবিয়ো – ঐ অতৈ সনা লুপা অহুস্থ লৌজরুখিগে !

( চৎকে তৌবা )

লালা— অমুক্তা ঙাইখো—(লিক·কোন অহু পীহুনা) মসি নহাকী নরল-নি—কায়থোকখ্রবা পোৎ অমুক লেপশনবা য়াম্না লুই—অহুগী মথক্তা ঐগী পাঙ্গলনা শুহুনা ভানবা নত্তনা কনা অমতগী মরল লৌয়োই হায়না রাশকখ্রে—ঐনা মসি লৌরবদি ঐগী রাশকস্থ কায়বা তারে—সে শিঙ্জিল্ল ( শিবীবা ) ঐ কুইরকদবা নত্তে—থা অনি অহুমতনি·· য়াম্না থুনা হল্লকনি— নংনা ঐবু মুংশি-রবদি ঐনা হল্লকপা ফাওবা লৈরম্মু !

ইবেমচা ঐবু অতোপ্পা নত্তে হায়না থনবা ওমবিত্রিবা ? ( মনুংদগী শেলুংবা, নুপীমচা নুপীমচা, ) ইবুংঙো য়ারবদি লেংবিখিগনুবা--- !

লালা— কুইররকওই ঐ য়াম্না থুনা লাকনি।

ইবেমচা— ( মপি ইরা চেন্দুনা ) ঐনা খামজবা য়াবিত্রবনিনা লেংঙো ননাওবু কাওবীগনুকো - ঐনা য়াশকচরবনি নহাকপু নত্তনা শিবা ফাওবা অতৈ য়াখল থঞ্জয়োই সত্য সত্যনা সাক্ষি ওই-সনু— অতুগা ননাও লৈহৌরি হায়বা অসিমতংগা কাওবি-গনুকো ! ( শেলুংবা— নুপীমচা - নুপীমচা ) ইবুংঙো লেংঙোকো।

( কপ্পা কপ্পা চৎখিবা লালাসু ইরা চেন্দুনা মুম্না য়েংদুনা লৈহৌবা )

---

## ১১ শুবা উৎপা

### মাজোল

( মোরা অমদা তোমাল হিদাক থক্‌্না কথা তোম্বী বালটি অমা পায়দুনা ঈশিং শোক্‌্রবদগী চংলকপা।

তোম্বী— ( ইমুং চংঙ্‌্রগা খোয়ক্ক্‌্না ) করি থবক্কী ওইরবনো ? নহান তাকপিরম্বা অতুগী ওইরবরা ?

তোমাল— নহানগী ·· হায়বদি ··· ?

তোম্বী— ঐখোই ইনাও নিপা মনিনা হায়রম্বা শেলুংবগী মচা নুপীগী রানিমা।

তোমাল— হে ঐ মতুগী নৎচদে—ঐ মতুগা মরী থোইনা লৈজদে— ঐনা লাকচবদি ঐগী দমক্তনি।

তোম্বী— করি তাকপিগদবা।

তোমাল— থম্মোইগী রাদি ঐতনা মথংজে—করি হায়না কোংদোক্ত সিগে "" উজবা হুম্মিংতগী ওসি ফাওবা - তুম্বা হিপ্পা চাবা থকপদা অমুক কাওবা ওমজত্রে—ঐগী থম্মোই মুঙ্গা লৈজরিথা পাম্মু হুংশি মৈচাকসি করি রাহৈনা করম্না কোংদোকসিগে থংজত্রে।

তোম্বী— ঐদি করি অমতা ভাব তাবা ওমজত্রে।

তোমাল— শানৌশিংগী পুকচেন্দি লৈরাংদগীসু হেন্না থোংলি, অতু-গুম্বা থোংলবা মীহুংশি থংবা পুকচেলনা হুংশি মৈনা ঙাওথি-হুনা হায়নি হায়রোই থংদনা— হুংশি নংগী নকাদা হুংশি পাওমেন্নজবসি, রাথলগী রাংমদা থমহুনা অঙাওবগী চোইরোল-গুম খনবীরবসু, হুংশি নগুং লাংগীদমক্তা রাজরিবনি খন্দুনা চানবীয়ুনে পাম্মুবী।

তোম্বী— হুম—তাদ— ঐ লুখ্রানিনে— লাইবক থীরবী নচম্নি— তাদথোই খ্বাইনা চানবিদনা কন্নানা ঐবু হুংশিরিপদগে— অহুগা ঐবু হুংশিবিরবদি তাদগী অতুগুম্বা মিরথিবা নরাহৈ অতু তাহনবিগহু— নচনমকমি হায়না থনবিয়ু।

তোমাল— উনা—তানা—থংনমক—হুংশি নগুং লাংগীনি অরাবা মাইবোং রারুগে— পাম্মুবী নগুং লাংগীনি— শারবা থাম্বী মৈহুবু রাকচিং থাগী উল্লেনগুম খল্লুরগে হায়হুনা খনগদোবা খন্দুনা—চিংনবা কারল লান্দুনা— হুংশি নকাদা চঙজরক্রবা ঐবু- করম্না নিংবা কায়হুনা— হলহনগে হায়না খল্লবগে— ? হুংশিজবসু ঐতগীনি—থম্মোইগী রাসু ইথক্তুগীনি— করম্বা

মতমদা অমুক্তং— মুংশি নাক্তা ম্নোঙ্নবা ... ঐগী থম্মোইমুংদা চাকলিবা—মুংশি মৈচাক অসিবু - ফোংদোক্লসিগে খন্দুনা— রানা লৈজরক্লবনি— মুংশি নপাওখোল তাহন্দুনা থম্মোইমুংগী মৈচাকসে কোকহনবীয়ুনে মুংশিবী !

তোম্বী— বিষ্ণু ! বিষ্ণু ! তাদ লেংবীরো— ঐবু রারৌবিগনু— ইমান্না পোকপাদগী ওসি কাওবা কন্নাগুম্বা অমদা অথিবা রাহে অমতা হায়জরক্তি—ঐগী পোকপাদগী কোন্নজরক্লবা লমচং আসতদি তাদনা কায়হনবীগনু- ঐ মৈতৈ মুপীনি— মুথ্রা ওইহুনা লাইবক থীরবীনি – লেংবীরো ঐবু রারৌবিগনু !

তোমাল — ইবেম্মা মুংশিবগীদমক্তদি থরাই অসি থাবা কাওবা—

তোম্বী— তাদ লেংবারোনে— মথা শাংথবীরনু- তাদনা মুপানি ঐনা মুপীনি—লেমফম ইরৈ লৈতে। ( তোমাল হৌগৎহুনা )

তোমাল— নাইতোম শাংপী লৈমুংশি—নওংলাংপীদমক্তা খোইমুনা শাথপ তোইরকপা লৈরাং নপাও ফংদনা কন্নম হায়না হল্ল-সিগে—মুংশি মরাহে অমতা তাহল্লুগবা— !

তোম্বী— ইসে য়াদ্রেদনা— !

তোমাল— ওঃ চৎচরে লৈবিহৌরোকো .. ইবেম্মা। ( চৎখিবা )

তোম্বী — লাইমা ইকাই থংদেদা করম্বা মুপানো—মুপানি হায়হুনা কৈজোমসু শেৎচবা শারি মমাইদি শউল তোঙ্গদনা !

( ইমুং চংখিবা )

( অঙোপ্পা মাইকৈদগী শাজৌ. মনি চংলকপা )

মনি— ইতৈমবু লৈত্রা ?

তোম্বী— কনা ওইরবনো ?

মনি— ইতৈমা ঐখোইনি!

তোম্বী— ( খোরক্তুনা ) এঃ ইবুংঙো ··· অসোমদা লেংশিল্লু—
( কক থাবা )

শাজৌ— ফনি, ফনি!

মনি— ঙসি ইতৈমবু কয়া হৈনিংদনা উববু হকচাং ঙম্বিদবরা?

তোম্বী— ঐ খোইদোকপা তৌদে! ইবুংঙোখোইনা লেংঙকপবু—?

মনি— ঐখোইনা হায়জরম্বা অতুগীনিমা—করম তৌরবনো?

তোম্বী— মতু ইতৈমনা হোৎনবদা কয়া রায়োং খোকনি হায়বা উদ্রে — ;

মনি— মশাদদি করিগুম্বা নিংশিংবিরব্রা?

তোম্বী— ঐন; হায়জরিবা অসি মশাগী রানি!

মনি— করিমক্তি হায়রিবনো?

তোম্বী— রা অসি হায়রুবদা—মানা য়াম্না খিনা হায়রকই—রাতু ইবুংঙোখোইনা তাবদা কয়া হুংঙাইরোই।

মনি— অতুদি ইতৈমা উপায় অতৈ অতৈ লৈররোইদ্রা?

তোম্বী— উপায় হায়ববু অহল লম্মলদা অতুক হায়নতুনা য়েংবা তারে! ( মনিনা লুপা ২০০, শাজৌদগী লৌতুনা )

মনি— ইতৈম' সে লুপা চনি অসি ফি অমতং লৈবীয়্ব অসিনসু লোইবা নত্তে— অতুনা অহল লম্মলদা নিংশিংবীতুনা থবক অসি পাংনবা খরা হোৎনবীয়ু!

তোম্বী— ইবুংঙো লুপাগাক থম্বীরমগনু— ; ইতৈমনা হন্দক, ইবুংঙোখোইনা হায়বদা য়ারিবসি পৈশা পামতুনা নম্ভ্রগা ঐখোই মৈতৈগী চৎনবী— মৌ নহানা লৈশাবী পাখং শেমদোক

শেমজিন তৌহুনা পৈশা তানবগী ভাব নৎচদে—ইবুংঙোনা হায়রে অমদি হায়ররিবা অসিস্থ অরোনবা থবক নস্তে— মুপীমচা অসিনা মশানা পান্নমহুনা লৈখ্রবদি মতিক চাবা মীনি হায়হুনা য়াজবনি—পৈশাগী লম্লোমদা থন্নরবদি ঐদি শুকঙম ঙমজ-রোইদবনি।

মনি— ঐখোইগী অসি ভাব অমরোমদা পুবীগনু—ঐখোইনা ইতৈমবু মুংশিজহুনা পিজবনি!

তোম্বী— মহুগী ওইরবদি পৈশা লৌজরোই— অহুগা ঐ করিগুম্বা অমতং নিংশিংজগে— ।

মনি— তাকপিয়ু!

তোম্বী— নহান নোংমা ইতৈমগা লম্বীদা উন্নবদা য়াওবা মুপা অহু মমিং করি কৌবগে?

শাজৌ— নহানগী হায়ববু— , ওঃ তোমাল ওইরম্বা তারে!

তোম্বী— মুপাহু হৌজিক অসিদা লাক্লম্মী— ইবুংঙোখোইগী মাই য়েংহুনা থিনা হায়জখিদ্রবনি— অহুনা ইবুংঙোখোইনা থরা হায়বীয়ু— মতুং মনাও অহুম তোদনবা, মতুং অসিদা অহুম্মা অমুক হায়রবদি— য়াম্না থিনা হায়জগদৌবনি—অহুগা মুপীগী ইকাই থুম্নবা অ'সস্থ থরা থরা ঙাক্লা চৎপীয়ু হায়না ইবুংঙো খোইনা হায়বীয়ু!

মনি— এ ইতৈমা অহুক হাক্লা য়ারোবিরুগনু। মহু ভাব অমা তৌবনি— ঐখোই হায়জগে— ; অহুদি ঐখোইস্থ হঞ্জরগে, অহল-লম্মলগী রা অহুবু!

তোম্বী— অহল-লম্মলগী য়া অসিদি ইবুংঙোখোইগী অহল-লম্মল থাহুনা নিংথিনা হায়নবনা ফগনি— মখোইগী খুয়া ইবুংঙো অহু মীতা অমনি। ঐখোইনা হায়রুরগা থৌওই উশিংতে হায়হুনা য়া মাংনবনি—অহুগা খুয়া ইবুংঙো অহুনা মচাহ্নুপী অসি ইনাক কৈয়াক খুনবা মচা মশুদা থাজগনি হায়রিবনি—, হায়রুরবদি শোয়দনা য়ারকপা য়াই !

মনি— ইতৈমনা তাকপিবা য়াম্না মুংঙাইজরে ঐখোইস্ন মাইকৈ অদোমদা হোৎনজরগে – ইতৈমনা খরা পাংহুনা হা কৈ অহুম তৌবা মচানি অহুনি হায়হুনা থরা ফনবা পাংশনবীয়ু।

তোম্বী— ফনি ইতৈমনা ঙম্বমখৈ হোৎনগে !

শাজ্ঞৌ— ঐখোই হঙ্করগে ··· ( হৌগৎপা )

তোম্বী— এঃ ইবুংঙো শেল অসি পুবীখো—থম্বারমগনু ঐ য়াম্না হৈনজদে। ( নমহুনা পিখিবা )

মনি— ইসে ইতৈমসি ওম্বোকপনিদা।

তোম্বী— ঐ মরম চাদনা পৈশা পামজদে !

মনি— অহু মঙাইরেদনা, চৎচরে ( চৎখিবা )

তোম্বী— ঙকইদকো— পৈশা লৈবা কাংবু অসিনা মীসি শুকউ উথিদ্রবোইরে— পৈশাবু উৎলবদি শেলগী ময়াইনা মী পুম্ন-মকসি মমগনি থল্লমাল্লে মরমবু চাদ্রবদি পৈশাদি করিস্নু লৈতে— ধর্ম্ম, ইজ্জৎনা মরুনি হায়বা থংদ্রমাল্লে— !

---

## ১২শুবা উৎপা

### লালাগী মরুম

(রাধাষ্টমী সুমিৎ— অমুক ইবেমহল লৈ লেংই চাওবা ইবুংঙগী থোরকই)

চাওবা— ইবেম্মা ! —সুপীমচা !

ইবেমহল— করি হায়বগে তামো।

চাওবা— নংবু করি তৌরিবগে ?

ইবেমহল— ঐ লৈ লেংই।

চাওবা— করিগী লৈনো ?

ইবেমহল— ঙসি তামোগী মপোক সুমিৎনি হায়বদাইনে, অহুগী লাইদা কৎনবা লৈনি।

চাওবা— আঃ ফৈ ! ফৈ ! — ঙাইথো— নংগী তামোনা চৎখিবা অহুবু কয়ানি শুরবা।

ইবেমহল— ঙসি তরানিথোইনি হেল্লে।

চাওবা— তরানিথোইনি হেল্লবা— ইকুই কুইরমখ্রিনা— হা কৃষ্ণ রাখ্রেদা—ঐনা লাইবক থিবনা মহৈমশিং তমহনগদবা মতমদা ইনাও অমত্তুং লৈজবস্থ মহৈ তমহনবা ঙমদ্রে, মমিৎ তাংলবা ময়াম্বগা মচনগা থাক্কনি হায়তুনা লংফৈদা চৎখ্রিবনিনসে—আঃ রাখ্রেদা হা কৃষ্ণ— অমুক সুংঙাইবা, অমুক রাবা মীওইবগী মরাইবক্তা ভম্মী হায়--অহুবু ননাই ঐখোইগী ইরাইবক্তা রাও হায়নতা তম্মীখ্রবোই — শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো পুন্নমক নহাক্কী লীলানি— ( ইংখোললোমদা চংখি কোইক কোইক য়েংতুনা ইবেমচা তোম্বী চংলকই )

তোম্বী— অসিনি—সুপীমচা অসিনি।

ইবেমচা— ইস্ সুংশিখ্রেদা য়েংঙ্ুনে মতৌ অসি সুংশিত্রা?

তোম্বী— উম্ নংদি য়াম্না সুংশিনি।

ইবেমচা— ইচেগী হৌনবা তৌখৎলকএ।

ইবেমহল— (উরক্ুনা) করি ওইরবনো?

তোম্বী— ঐখোইনি—ঐখোই অসুম চংখোকলকপনি।

ইবেমহল— ঐদি লাইগী লৈ লেংহুনা লৈজরে— কদাইদা ফমগনি অসিদে।

ইবেমচা— এ ঐখোই ফমত্রবসু ফরেদা—ঐখোইসু অশেংবনি।

ইবেমহল— অহুদি— তামো—মী লাকই।

তোম্বী— নত্তে নত্তে ঐখোই তামো উম্নবা লাকপা নত্তে। নহাকপু উম্নবা লাকপনি।

ইবেমহল— (ঙক্না) ঐগা—!

ইবেমচা— (মনাক চংশিন্দুনা মথম মনা নানবীহুনা) মানি ঐখোই নহাক্না উম্নবা লাকপনি—নহাকপু ইচেনা য়াম্না সুংশিহুনা—কোইরুসি হৌগে লাকপনি।

ইবেমহল— অহুবু ঐদি।

ইবেমচা— খংনদে হায়হুনা তৌব্রনে— নংনা ঐবু খংত্রবসু ঐদি নহাকপু খংই — ঐনা নহাকপু ওষ্টোক্না সুংশিখ্রে-- ঐসু খংদে করিগীদমক্তা ঐনা নহাকপু অসুক য়াম্না সুংশিরুরিবনো।

তোম্বী— ইবেম্মা ইচেবুদি খংব্রা?

ইবেমহল— অমুক উপ্রমাল্লে হায়না নিংই নিংশিংবদি খোক্তে

তোম্বী — নোংমা নংনা কৈথেল কারুবদগী হল্লকপদা ঐখোই অনি থোঙ্গালদা থেংনহুনা লুপা খরা নখোইগী তামোদা পীস্নু হায়না পীরম্বা অহুনিদনা।

ইবেমহল— এঃ। থংঙে-থংঙে।

ইবেমচা — চৎসি নফি নরোল হোংঙুরোদনা।

ইবেমহল— কয়া থাপনা চৎকদবনো ?

তোম্বী— হনুমান ঠাকুর খুরুম্মুনিদনা!

ইবেমহল — অহুদা ঐবু— !

ইবেমচা— ভাহাক্তনি কয়া কুটনি হায়বগে!

ইবেমহল— চাক ঈশিং থোংবিনসু লৈতে—ঐগা তামোহনগডা মরৈনে ইচে — !

তোম্বী— হনুমান ঠাকুরবু কয়া লাপ্পনি হায়বগে!

ইবেমহল – ইচে ঐ চৎচরোইদা—ইফি ইরোল শেৎনিঙাইসু লৈজদে।

তোম্বী— লাইখুরুম্বা চৎপবু কয়া কেনা চৎকনি হায়বগে শেৎলিবহু ফবু ফমনখ্রে ইনাওসিদি — (চাওবা থোরকপা)

চাওবা— ইবেমহল কদাইদা চৎকদবনো ?

ইবেমহল— ঐখোই তামো অহলনি।

ইবেমচা— মিৎ উত্রবরা ?

ইবেমহল — উদ্রে !

ইবেমচা— ইসৃ ওস্থোকপনিদা! (মুম্না য়েংবা, মপি ইম্না চেল্লি)

চাওবা— ইবেম্মখোই কনা কনানো ?

তোম্বী— ঐখোইনি তাইবুংঙো !

চাওবা— ঐদি থংদ্রে -খোন থংবা ঙমদ্রে !

তোম্বী— ঐখোই শিংজমৈদগীনি— ইবেম্মবু লাইখুরুম্বা চৎলুসি হায়ত্না হৌবা লাকচবনি !

চাওবা— শিংজমৈদগীদি কয়মনো—কনা কনানো ?

তোম্বী— হাওবম শেলুংবগী মচা হুপীস্থ য়াওরি— ;

চাওবা— ছিঃ শেলুংবনা পোকপা—ফিদাগাক লৈরব্রা ?

তোম্বী— ঐখোইস্থ অশেংবনি ফিদা য়াওদ্রবস্থ ফরে।

চাওবা— ইবেম্মা-নচেবেম্মখোইনা খৌররবদি চৎলুদনা।

ইবেমহল— ইচে ঐ য়াম্না চৎচনিংই অত্থদা— ।

তোম্বী— করি তৌরবগে ?

ইবেমহল— তামোগী চাক ঈশিং থোংবিনবা— ;

চাওবা— এঃ চৎলু-চৎলু ইবুং ঙসিদি ব্রতনি করিমতা চাররোই !

ইবেমচা— লাইখুরম্মুরগা হোরেল হুমিদাংব্রাইরম ওইনা থীনবীরকে ঐখোইরোমদস্থ চৎলুসি।

ইবেমহল— তামোনা য়াদ্রবদি।

তোম্বী— ঐ হায়গে— ; তামো ইবেম্মাসি হোরেল হুমিদাংব্রাইরম থিল্লকে।

চাওবা— ননাওত্থ পংথেং থেংহল্লক্কনু। ( চাওবা চংখি )

তোম্বী— থেংহল্লরকওই চৎসি হৌজিক্তি ফরেদনা।

ইবেমহল— ফরে ইচে ( লৈ পাইখৎপা )

তোম্বী— ইচে পুবাগে নখোই লেম্না চৎলু। ( মরি-মরি থোকখি )

---

## ১৩ শুবা উৎপা

### চীংস্না লমচাং

**( লমিদাং বাইরম থবক শুরুবা হম্নকপগী ফিভমদা গোপাল, লালা পৈশা পানরমই )**

গোপাল— ঐথোইগী পৈশাতু কয়া শুরে !

লালা— শুরাংগী হিসাবতি লুপা ৪৯৫৲ নি, শুসিগী লুপা ২৫৲ অসি হাপচিল্লবদি লুপা ৫২০৲ শুরনি !

গোপাল— হাইফেৎতি য়াম্মে অতুগা ঐথোই অনিনা লাক্লিবসি কয়ানি শুরবা ?

লালা— শুসি ১৪ নি—হুম্ তরাহুমদোইনি শুরে—

গোপাল— কুইদ্রিনা— থা অহুম-মরিদং শুরবদি লুপা লিশিং অনি-অহুমদংদি শুবা য়াইদনা ! অতুবু ঐথোই অনিনা শুরিবা অসুম্না শুরবদি ঐদি থা অনি ফাওবা হিংখিগনি থাজদ্রে !

লালা— চুম্মী—থবক খরা কনমনখ্রে । শুাইখো লুপা ৫০০৲ মুকসি পায়রতুনা লাইবক অমুক্তং য়েংসিরদো !

গোপাল— ঠিকাদার ময়ামগা লোইননা যুরার শাম্নসিরা ?

লালা— নত্তে নত্তে মতুগী ভাব নত্তে—ঐনা হায়বদি, মথোইগী থবক পীরিবা সাহেব অসিদা থবক অমতং পীয়ু হায়তুনা য়েংশি হায়বনি !

গোপাল— হোয়নহৈ — অতুদা ভায় কুলি ওইরম্বা ঐথোইনা ঠিকাদার ওইরবদি কুলি অমতা থবক শুবীয়ু য়াগনি নিংদেবো — অতুগা থবকসু কংগনি হায়বা কয়া থাজদে !

লালা— থবকপুদি ফংগনিদা— মখোইগী সাহেব অসিনা ঐখোইবু শক খংভি—নংস্থু তারিবত্থমগাই হুমিৎ খুদিংগী ঐখোই' থবক শুকমদা লাক্বনা 'পৈশা লৈজরবদি থবক পীগে' হায়রিবা অত্থনিদনা— থবক শুবীনবগীদমক্তদি করি অমতা থল্লুগন্থু— কুলি ফংদা ফংত্রগা ঐখোই অনি চংত্থনা শুথগান।

গোপাল— ফরেনে অত্থদা অমুক্তং লাইবক য়েংসি হয়েং ঐখে ইগী থবক শুকমদা সাহেবতু করিগুম্বা লাক্লবদি হায়হৌরসি।

লালা— ফরে।

গোপাল— ভসাইগী নংগী বেড়ি অত্থ য়াওরিব্রা · অসিন্নাইদা ভাই-হাক্তা অন্না পোথোকখিসি।

লালা— য়াওরি ( বেড়ি লান্নত্থনা থকপা )

গোপাল— ভসিগী হুমিৎ অসদি পুক্লং ইনৌ নৌইদা।

লালা— পুক্লিং নৌবগী রাদি হায়ত্থনা কান্নবা নত্তে—ভায় ঈশৈত্থম অমত্তা শকউ তাসিবা— হুমিদাংল্লাইরম অসিদা হুংশিখ্রবা ঈশৈ।

গোপাল— হায়গুম্মদনা ঈশৈত্থম শকে।

## ঈশৈ

মাঞ্জ কাদা য়োজগে রাশক চেৎলু শানৌও
হুংশি নশুং লাংগী পাখংগী য়াইবী থরাইসে
খাংভু থক্তা মাংখ্রবস্থু নোক্লা মাইরোং য়াবমগে
শানৌ পুকচেল হোংগন্থুকো রাশক পরৈ হনগন্থুকো ॥
পাখং য়ান্না তাদনা হুংশি পাওমেম্নদনা

হুরঃ শমাই লৈথ্রবদি পাখং হাৎপা পাপতুদি
পুগনিকো নুংশিবী শোইদনা পুগনিকো
নুজা পুক্লিং হনগনুকো ॥

লালা— ভায় নহাক্কী ঈশৈ অসিদি মুৎলি মুৎলি চাকপা মৈদা ইকং লংশনবগুমখ্রে—থম্মোই অসি পুবা য়ারক্ত্রে !

গোপাল— ইবেমচাগী রাখন্দ নত্রা ?

লালা— মাগী রাখন্দা চাবা থকপা তুম্বা হিপ্পা মতম পুন্নমক্তা কাওবা য়াবা লৈখিদ্রে—মাগী মরমদগীনি ঐনা ইচল অপিশক অমগা মমিৎ উদ্রবা ইয়াম্বগা হুন্দোক্তনা লাকলিবসে—ভায় গোপাল খল্লোই হায়না খল্রর্বানি—খনবু খল্লুরবদি রাবনা নুংশাম্বর হোনবা থোকত্রিবনি—হুপীমচাগা তামোগনা করম্না চা-থক্তনা লৈরিগবা—ঐগী দমক্তা রাজরক্লবা ইয়াম্বনি, মখোইগী মরা মপাও তাদবা থা ফাজিল্লক্কদোরে।

গোপাল—হে রাধে—লংফেদা লৈরগা অত্তক রাবা বাখল খনবা হৌনদেদা রাবু রানসি হায়রবদি ঐখোইস্সু কোকথোং কোক-থোং লৈরিবনি !

লালা— গোপাল—ঐগী ইচল অত্তু মরাইবক থিরবনিনে ইমানা পীশক পীক্লা হুন্দোকপিরম্লে ইপাস্সু মশক খংহৌদ্রে—অত্তুবু ঙসি ফাওবা মনিং থুংনা শেৎ-চাহনবা ঙমদ্রি—চহি মাপল তারাদা ঙাওরিবী মহাক্লা—মমিৎ উদ্রবা করিগুম্বা অমতা শু-চৎপা ঙমদ্রবা অহল অতুমা কোন্দুনা লৈহৌরিবনি—অসিবু খান্দবা য়রিব্রা ?

গোপাল— অত্তুগীবুদি য়াম্না চুম্মী—অত্তুবু ঈশ্বরনা শেম্বা সংসারনি—

নং ঐনা করি তৌবা গুমগদগে—মীবু মীনা য়োক-থাকপা ওম্বা হৌনদে—ঈশ্বরনা শোইদনা য়োকপিরমগনি—ঈশ্বরত্থম নিংগু।

লালা— অচুম্বনি—সংসার অসি মহাক্কী লীলানি—ভগবান দয়ামর় নহাক্না ঐগী জ্ঞান লৈত্রবী ইচল মমিৎ উত্রবা ইয়াম্ববু য়েংবী-রম্মুকো। নহাক্তি লাইরবা অনংবগী মক্কপ্নি ননাইশিংবু থৌজানবীয়কো!

---

## ১৪ শুবা তুংপা

### লক্ষ্মী

(মুমিদাংবাইরম শাজৌ, মনি বারী শাত্থনা চংলকই)

শাজৌ— করি করি করম তৌবা!

মনি—ইরুজনিংবগা থোং তেকপগা হায়বত্থনিনে বন্ধু, ভায়না খোং-থুৎ হামখ্রিঙৈদা খুরা ইবুংঙোনা বারী শাই—'ইবুংঙো খুরাদি শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা বাস তৌরগে হায়না থল্লুরে—অত্থদা নংগী নতাও অসিগী কর্ম্ম অমা রাৎলক্ষ্মী হায়ত্থনা থোরকপনি। খুরা মণি-পুরদা কয়া কুইনা লৈগে খন্দে—হন্দক ঐনা লাকলিঙৈ অসিদা নতাওগী লুহোংনবা থৌরাং অমতং তৌদবা য়াদ্রে—অত্থনা নথোইদি পাখংনিনা খংঙিগনি মরম ওকপা শাগে জাৎতম্ব থোইনা রাৎতবা মীতাসি করি করি লমদা লৈবগে—অত্থগা নথোইগা হায়না শিংনবম্ব করম করম্বা লৈবগে' অসি-নিদনা! (মুপা চু চানা চানা চংলকপা)

সুপা— হায় পৈশা পীগ্ন—পৈশা পীয়ুনে।

শাজৌ— করিনো মসিবো ইঙাও ঙাওশিম্নরহ্না—ঙাইখোনে !

সুপা— কৈ ঙাইখিগে পৈশা পীব্রবদি হাৎকদবনি— ( কমথবা )

শাজৌ— অহুদা নংনা করি হায়!

মনি— ঐনা খুরা ইবুংঙো য়াম্না ক্ষবা অমা লৈরে! ঐখোইগী শাজৌনসু মহাক অসি নৎত্রবদি লুহোংলোই হায়রি—শাগৈ জাৎসু হাওবমনি অহুগা মরমচৎ মশক মতৌদসু মৈতৈ সুপীগী মরক্তা অতাংবনি অহুদগী করি লমদনো কনানা পোকপনো হংঙে—অহুদা ঐনা মতা চারে হায়হ্না খুরা ইবুংঙো শিংজ-মৈদনি—হাওবম শেলুংবগী মচা সুপীনি।

শাজৌ— ঐখোই পাবুংনা করি হায ?

মনি— হেয়া মীনা তস্মিঙৈদা—অহুম তৌরবদি তন্নে!

শাজৌ— শাওহ্ন ভায়—খংনিংমনখ্রহ্না তৌবনি—

মনি— অহুবু ভায়না খংনিংঙিবা অহুবু ঐসু তমদ্রব্রা ?

শাজৌ— ইসে ভায়দি ভাব য়াম্না তাত্রিনা—মীচাখোক অমদগী সুংশিবা সুপী—পাওদগী তানিংবা দূতিগী পাও হায়নরিবনি—মথা তমথরো হায়বনি অহুদগী পাবুংনা করি হায়রবগে ?

মনি— পাবুংনা 'এঃ মাগী মচাসুপী ওইরবদি শোইদ্রে—ঐনা হায়-রুরবদি শোইদনা পীরক্রনি, অঙাং ওইরিঙৈদগী য়াম্না লুনা তিম্নরকপা মরাপনি, মাগী মচা সুপীবু নখোইনা খল্লম্বা অসিদি ওম্বোক্লা ফত্রে—সুংঙাইরে ঙসিমক চৎলগে' হায়হৌরে।

শাজৌ— শোইদ্রব্রা ?

মনি— হেয়া, ঐবু কয়ারক মীনম্বা ঙাংখ্রবগে ?

শাজৌ— সত্য নরা তাবদা মুংঙাই, সে-- ( কুরিংখাওবগী লুপা লৌখোক্না ) অসিনসু মতিক ওইদ্রি—থবক অসিনা মহৈ হেক য়ানবা হুমিত্তা হাপথিগনি, লুপা ২০৲ অসিনা ভায়না লৈনিংবা অমা লৈবীয়ু !

মনি— এঃ এঃ মহু পামজদে--ঐ পৈশাগীদমক্তা মরূপ তিন্নজদে—ঐগী ব্রায়রুবা দশা তাররুবা মতমদা মরূপকাদমক্তনি হায়ত্নুনা লেপ্পীবা - ; ঐনা তৌরুরিবা থবক অসিদি করিসু লৈতবা থবক্লি মরূপ অমনা মরূপ অমগীদমক্তা তৌবনি হাযবদা মতিক চাবা থবকসু নত্তে !

শাজৌ— অহুক লুনা খন্নরুরবা থবকপু ভায়না পাংথোক্লবা তৌরম্মিবা অহুবু মরূপা তৌগদবা থবক নত্তে হায়ব্রা—সে অসি লৌব্রবদি ভায়গা ঐগা কৌনব্রে— ( পিবা মনিনা লৌবা )

মনি— ভায় অমা শনৈবী মশা হিদনা হেক্তা ইনশিল্লকই ।

শাজৌ— অহুনসু পেন্দ্রি অমুক্তা কোন্নখিসি ( কোন্নবা ) চৎসি ঙসিদি মননা মন মুংঙাইবনে লিক্কোলহুম শান্নরুসি !

( চৎকে তৌবা নুপা হৌগৎলকপা )

নুপা— হায় ! নখোই চৎপা য়ারোই— পৈশা পীরমদনা নখোইনা চৎকদবা কদাইদনো— ( শাজৌদা ) নং কনানো ? ঐ অসি কনানো খংব্রা—ঐ নিংথৌনি, নং মাবু লৌজরুনু— মশানা পামব্রবদি নং ঙাওজগনি মা ঙাওরেনহায় য়াম্না ব্রাবনিনে হাঃ হাঃ হাঃ নুপী থীবদা হৈজৌ নিংথৌ ওইজনি—চাকসু লাম্ব-গুম তৌই-— করি হাওবমগী অদো— এঃ লিকখ্রবনি— ঐ শিবনিনে—চৎসিনা—ছুম্ পৈশা পৈশা পৈশা ।

শাজৌ— মসি ওস্থোক্না পৈশা পামখ্রেদকো ( পৈশা পীবা )

হুপা— পৈশাঃ পৈশাঃ হাঃ হাঃ হাঃ অঙাওবা হুপীনসু পামদনা !

শাজৌ— করিনো অমসু হায়রম্মীনহায়— ।

মনি— মসে ওস্থোক্না লাইরখ্রবা মীনি—হন্দক্কী পোৎ মতাং থবক শুনিংঙাই লৈতবা লাল-লক অসিদা চানিঙাই লৈতদ্রনা মচা হুপী অমগা মাগী হুপীগা শিখ্রে অত্নদগী ঙাওখ্রিবনি, অহানবদা ইনাক খুনবা মী উবা য়াদে পংয়ৈদা য়ৈ হৌজিক্না অমুক লাইরবা অমোৎপা উবা য়াদে থবক শুকসি হায়না হৌবদা—মতুদা করিগুম্বা য়াত্রবদি নিপা অত্ন মানা ঙাওহল্লে !

শাজৌ— মাগী রা অসি কান্নদে চৎসি ভায় ( চৎখি অতোম্বা মাই-কৈদগী ইবেমহলনা মাং খাত্নুনা তোম্বী, ইবেমচা চংলকপা—ইবেমহল ফনেক ফজবা অমা শেৎ ইন্নফি ফজবা অমসু ইল্লি— তোম্বীনা হঙ্গামপাল ফনেক অমা পাই )

ইবেমচা— অসুক ফজবা ইনাও অমা ফংজবা অসিদি কয়াদা লাইবক ফগ্রবা সত্য পকচখ্রেদা ইনাওদে— ।

তোম্বী— হায়গুম্নদনা ফিরোল শেৎপদি ওস্থোক্না পকচখ্রেদা ইনাওদে —লৈমা শিজ অঙম অথৌ মচা মগু মাল্লি শক ফজবা হায়বা অসিদি তৌথোক্লকপা পুন্নমক ইপক হেক পকচৈ।

ইবেমচা— ইবেম্মা ! নখোই ইমুংদি হুপী নাহা লৈবসু নত্তে কৈথেল-ইথেলদি কনানা কাই— !

ইবেমহল— ঐখোইগী মথা থংবদা খুরাশিং অমা লৈ মখোই ইমুংনা লৈবি— ;

তোম্বী— তামো অহলদি থবক ইনথাং ঙ-চংপস্থ্‌ঙম্বা নংত্রে কদাই-দগী করম হায়না চারি ?

ইবেমহল— নহানরাইদি তামো অহলগী পৈশা থরা লৈজরম্বা অতুনা চারম্বনি—থৌজিত্তি লৈত্রমাল্লে— তামো অহলদি হুমিদাং হুমিদাং চরা হেল্লি—ঐনা অয়ুকী চজিক থরা চাই ; লৈতবা হুমিত্তা ঐস্থ চাদে !

ইবেমচা— (মপী তৈথোক্‌লা) ইনাওবু অতুক ৱারবা। সে লুপা ৩০, অসি পুখো—অতুগা— (মঙকগী ৱিঙ্গুর পম্নেং লৌথোক্‌লা) সে অসিস্থ শিজিল্লু ঐ লৈরিঙৈদা ইনাওনা অতুক ৱাবা হৌনত্রা ?

ইবেমহল— ইচে মসি :—

তোম্বী— লৌ লৌ করি অমতা চিংনগস্থ নংনা লৈতে হায়দুনা নিবস্থ নত্তে — নচেনা হুংশিদুনা পীবনি — নংনা লৈজবা মথৈস্থ পীহৌরো থজিক্তস্থ মণ্ডাইরে হয়েং পোৎয়াম উনবা ওইনা তৌগদবনিনা ঐথোই পু-লাকপা ঙমজরোই-—হোরেল তামো-হন্না হংলগা হাওবমগী ইনম্মনা পীরকপনি হায়না হেক থুম্মু !

ইবেমচা— ইচেনা কপ্পগা নোকপগা হেক য়ান্নহনগদবা অসিনা !

( ইবেমহল ঙকপা )

তোম্বী— হায়মা কম্নিনো ঐদি অচুম্বতা হায়বনে ! ( ইবেমচানা ইবেমহল থাগ্রনি হায়না ইঙ্গিৎ তৌবা ) লোৎতুনা হিংথিগজ্রনে—থজিক্তা মণ্ডাইরে ইবেম্মা !

ইবেমহল— অওইবরনে ইচে ?

তোম্বী— অচুম্বনি সত্য !

ইবেমচা— চৎলসিসে — !

ইবেম্‌হল— অত্থুদি ঐনা ইচে কৌরিবা অসিদি লাল্লেদনা— "ইনম্মা" কৌগদবা নত্রা—ফরে ঙসিমথৈ কৌরগে চৎলসি "ইনম্মা" !

তোম্বী— ( ইবেমহলস্থ চুপ্তুনা ) অতুনিদনা ইনাওসিদে — চৎলো চৎলো—নচল ননিং মাং থাও ! ( চৎখি )

---

## ১৫শুবা উৎপা

### মাঙ্গোল

( শেলুংবা মতোমতা হিসাব শুহুনা লৈরম্মী )

শেলুংবা - মীওইবসি ওস্থোকপনিদা— পুরমদাইগা শিংঙনদাইগা কয়াদা থেম্ররিবা, ধর্ম্ম ওস্থোক্কা লৈথিত্রেদা—থংগনি অসিদগীদি —মখোই মখোইনা থম্মরিবা মাল অত্থুদগী, মমল তানা তানা পীগে—য়াত্রবদি কন' অমতদস্থ শেল পুথোকওই— হুপীমচা— হুপীমচা- কদাইদা চৎত্রবনোসে— ( কুমার.চংলকপা ) নচনহুপী কদাইদা চৎখি !

কুমার— ঐস্থ থংহোত্রে !

শেলুংবা— নখোই নচিন নপুরা অনিনা য়ুমদা ভাইহাক্তা লৈতবমথৈ চৎলিবসি কদাইদনো ? ফরে নখোইনা থোকপা অতুম চৎতুনা লৈয়ু—থরা লৈরগা ঐস্থ বৃন্দাবন্দা চৎলগনি— ঐনা হৌজিক ফাওবা পৈশা পৈশাতা হায়তুনা ভাওরিবা অসিবু কনাগীনো ? সিএ হত্থুবা ঐনা রানা নোম্লগা নখোইনা করি অমতস্থ য়েংশন্দবা ঙস্থু ঙম্মীনে ।

কুমার— পাবুংনা ঙশ্মী হায়দুনা তৌবনি হৌজিক পাবুং লৈরিঙৈদা খরা নুংঙাইবসি নৎত্রবদি করম্বা মতমদা নুংঙাইগদগে—অসি-দগীদি থবক পুন্নমক ঐগী ইথক্তা তাররগদবনি।

শেলুংবা— অদুবু মতম পুন্নমক্তা কোইদুনা নুংঙাইথোক্কদবগী শরুক মতম খরা খরা য়েংদুনা থবক ইনথাংসি য়েংশিনবদি করি তৌই মীওইববু হোরেল শিনি খংব্রা হয়েং শিনি খংব্রা।

(তোম্বাও চংলকপা)

তোম্বাও— অদুক শাওবিরিববু কনানা করি হায়রবগেনে।

শেলুংবা— ইতাও; জয় জয়— (খুন্নবা) ইস্ কুইনা উন্নরুদ্রেদা; কৈদৌঙৈ লেংথোকলকই।

তোম্বাও— ঙসি হুমনি গুরে, করম করম পাল্লি।

শেলুংবা— ইতাও কমাদৌনি (কুমারদা) চৎলু নপাবুংগী হিদাক হাল্লকউ; শিবা ডাইদুনা পাল্লি; শ্রীধামদা অমুক হল্ল-রোইদ্রা?

তোম্বাও - ঐদি মণিপুর অসি মাই ওন্নিংদ্রবনি ইতাও অদুদা ঐগী থবক অমত্তং রাৎলম্মে মদু পাংথোক্লম্নগে হায়বগীসু অয়াম্বা লাক্লবনি— ঐনা ইতাওগীদা লাকপসি উন্নদবসু কুইরে অদুগা রা অমা'নিসু তান্ননিংদুনা লাকপনি!

(অঙাং অমা হিদাক পুরকপা)

শেলুংবা— করি রানিনা ইতাও?

তোম্বাও— ঐগী ইচানিপা অসি চহি মতাং হেনাখগদৌরে মমুম মকৈ পান্নবা মভা চাবা অমতং থিবা তারি—ইচা ইমৌ থিবা হায়-বসি নখোই ঐখোইগী ইথোনিদো—মসি য়াম্না লুবা অমনি

মরুপ মপাং তান্নদবসু য়াদে —মশা মশা পান্নত্রবসু ঐখোইনা পাম্মী হায়ছনা হেক খিরুনি হয়েং য়ানত্রবদি 'দ্বাই'—অতুনা ঐনা মখোই অঙাংশিংগী মন্না অমসু তারগা লাক্লিবনি।

শেলুংবা— চুম্মী ইতাও—ঐসু নচা অনি অসিগী থৌদাং লোইত্রিয়ে অতুনা বৃন্দাবন চৎপা ফাওবা ঙমদ্রে শ্রীধামদা লৈজনিংব কুইরবনি ; ফরে ইমৌ শুইসি হায়রিব। অতুদি করি লমদা লৈকনাগী মচা মগুনো ?

তোঙ্গাও— ইনক নক্লা লৈরবনি অথাপ্পা নত্তে

শেলুংবা— কদাইদনো ?

তোঙ্গাও— ঐবু হায়রসিরা ?

শেলুংবা— হায়য়ু মতানসি!

তোঙ্গাও - ইতাও -ঐখোই অ'ন তিন্নখিদবা অসি চহি ২০ মুক হেল্লমগনি অতুবু অঙাং শুহারিঙৈগী প্রেম অতুদি কাওরম্মোইগত্রা হাযছনা লাকপনি।

শেলুংবা — হিঃ করি রানো - কাওবা যা নত্তে--রামিন্নরক্লে—মুংঙাইমিন্নবক্লেনা ?

তোঙ্গাও — অতুনা এনা হায়করবদি শোইদনা য়ারকনি হায়ছনা লাক্লিবনি!

শেলুংবা — কনানো ?

তোঙ্গাও— ইতাও - নংগী-নচামুশা খাস এখোইদা পারো ইমৌ ওইরগেনে! নহাক্লা ববি হায়রি ?

শেলুংবা— হিঃ করি রানো ইতাও! নংগী নচামুপাদা এগা ইচানুপা পীদনা কনাদনো ঐনা ইচানুপা থাজগদবা নংগা রাহৌদোক

অহুদা ঐস্সু ঐগী ইচানুপী ওইরম্বা তারে হায়না খল্লি—হে ঐদি অতৈ অতৈ ওইরবোই নিংঙ্গুরে লোইরে—ঐস্সু মতিক চাবা মী লৈতহুনা থাজদনা লৈরম্লিবনি—পীনি ইতাও পীনি।

তোম্বাও— শোইদ্রবরা ইতাও।

শেলুংবা— ইহেঃ নং ঐ পিশক পিকৈঙদগী তিম্নরকপা মরাপ্পি ঐবু হায়থ্রবা য়া কয়ারক হোংশ্রবগে।

তোম্বাও— অহুগীবুদি চুম্মাঁদা! করে অহুদি ঐবু কয়া কুইনা ঙাইখো হায়বগে, ঐদি শ্রীধাম থুনা য়ৌনিংঙি?

শেলুংবা— অহুদি ইতাও—হরিউথান ফাওবদি মঙাইরো মতুং নোংমা নিনি কোনবদ হুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা হোংনবা শিল্লসি—ঐস্সু নচা হুপী মতোমদানিনা পোৎ-চৈ থরা মরাং-নিংঙি—

তোম্বাও— করি কাম্নগবনো—অহুক য়াম্না পংঙুল উল্লকহুদা, অহুদি ঙসিদি হুমিৎস্সু ফৈ বাগদান লোইনরসিদো?

শেলুংবা— লোইনর্রসি।

তোম্বাও— অহুদি ইতাও অমুক্তুং কোম্নসিদনা ( কোম্নবা)

শেলুংবা— ফমখো রারা শাখিসি—চৎলগেরনে?

তোম্বাও— ইতাও ঐ হয়েং হংচিৎ অমুক চৎথোগ্রকে মমাত্রিঙৈদা য়ৌহোরগে- ঐ মিৎ-না কয়া ফৎপ্রে -।

শেলুংবা— অহু মঙাইবেদনা—অর্গদি ঐ আসবাঙ ফাঙপা থিন্দোকে — হুপামচা (কুমার খোরকপা) নপাবুং অসিরাই ফাওবা থিন্দোকলুগে।

তোম্বাও— ইপা চৎলগে।

কুমার— পাবুং লেংবীরো ( অনিময় থোকথি, কুমায়না মপাগী হিসাব কিতাব লোইশনবা অতোপ্পা মাইকৈদগী ইবেমচা চংলকপা ) কদাই চৎলুই, পাবুংনা চৈরম্বনা লোইরবনি !

ইবেমচা— করিগী !

কুমার— কোয় য়ুমদা লৈতে হায়রুনা !

ইবেমচা— ঙসি থৌরাগীজন্ম হুমিৎনি করিগী ঙাংঙিবা !

কুমার— ঙাংদবদে—কয়া কুইরে নংনা চৎখিবা—পাবুং তোপ্পাও লাক্লম্মী— চা লোনবীনবা কনা অমতসু লৈতে।

ইবেমচা— পাবুং তোপ্পাও হায়বদি কনানো তামো ?

কুমার ঐখোই পাবুংগা মতাও শান্নবা বামন লৈকাইদা লৈবা অতুবু খংব্রাও ?

ইবেমচা— ঐদি মমিং ঙসি তাবসি মঙাইরি— কৈদৌবা লাক্লম্মীবা তামো !

কুমার— নংবু হায়বা লাক্লম্মীবা !

ইবেমচা— ঐবু— !

কুমার— পিখ্রবনি—পাবুংনা লুহোংগনি হায়খ্রবনি, পংকোই কোই-হুনা লৈজনু—পাবুং লাকত্রিবা ফাওবা চৎথোকচনু। (চৎখিবা)

ইবেমচা— পাবুংনা থাজখ্রবা ঐবু—করিগী—ঐগী ইরাসু হংদনা মখোইনা ঙম্মী হায়রুনা ঐবু থাজবা ইরাই লাইনা পোৎ য়োনবদৌনা ঐবু থাজখ্রবা, ইল্লোই য়েংশি মখোইনা ঐঙোন্দা করি তৌবা ঙম্বগে ! মখোইনা পাম্বা মুপা অতু ঐনা পামগ-দবা ! হাঃ হাঃ হাঃ নোক্তুম নোক্লিংঙি। ( খনবা ) তামোনা ঐঙোন্দা ফাগী তৌবহুম ওইরিগনি—পাবুংনা অতুক লুনা তৌবা

ঐবু ইলাই লাইনা ঐঙোন্দসু হংদনা করিগী থাজগনি—ঐঙোন্দা শোইদনা হংলকখিগনি মতম অতুদা পাবুংদা ঐনা শেংনা হেক্তা হায়গনি পাবুং ঐদি মাঙোন্দা নত্তনা মপোক অসিমা লুহোংলোই হায়না ! ( শেলুংবা চংলকপা )

শেলুংবা - করি হায়বা—হাযয়ুনে - হাযয়ুনে !

ইবেমচা— করিসু নত্তেদা !

শেলুংবা— হে নং করিনো অমা হাযখিদা- -হায়য়ু— করি রানো-নে- ইপানা তাবা য়াদবা জাৎলনে !

ইবেমচা— তামোনা হায়জিল্লিবা ?

শেলুংবা— করি হায়জিল্লিবা ?

ইবেমচা— সিবি ··· আঃ ··· ঐব ·· থাজখ্রে হায়জিল্লিবা ।

শেলুংবা- আ মুপীমচা হাযজিন্নবা নত্তে—ইপানা থাজখ্রে - !

ইবেমচা— পাবুং !

শেলুংবা— ইতাও তোঙ্গাওগী মগাদা পীগে হায়না ঙসি 'বাগদান' লোইনখ্রে !

ইবেমচা— পাবুং ঐ লুহোংখিরোই ! ( কুমার চংলক্‌ই )

শেলুংবা— মুপীমচা ! নংনা হায়রিবা অতু করিনো ?

ইবেমচা— ঐগীদি হায়রিবসিনি ঐ লুহোংখিরোই । ( চংখি )

শেলুংবা— করিনো অঙাওবী অসিনা হায়রিবা অসিবো !

কুমার— মুপীমচা থাজবগী রা ওইরবদি পাবুং—মশানা পামদবা মুপাদদি থাজবসি কয়া ফত্তে ।

শেলুংবা— করিগী, মহাক্না কবিগী অতু-অদা থিফম খোকই অস্নুক ফবা মুপাবু, মশক ফজৈ, মরল লৈ, শাগৈ জাৎ হায়রা নং ঐনা করিদা হেল্লি!

কুমার— অতুবু পাবুং মশানা পামদবদা থাজবসি ঐদি কয়া পামজদে—হয়েং তুংদা শোইদনা নিংঙমদবা লাক্কনি!

শেলুংবা— আ মুপামচা ··· মতুদি ইপানা হেন্না খংলিবনি মুপী থাজবা মতমদা কনাগুম্বা মুপী অমতনা মশানা হরাও হরাও য়াবা লৈতবনি - য়াদ য়াদনা লুহোংখ্রগা অতুম মরৈখিবনি, নখোষ্ট য়াওনা হে, হাঃ তোংগমু—নত্তে হৌজিকপু ঐনা ইতাও অতুদা করি হায়না হায়দোকলুগদগে ?

কুমার— অঙাং মশানা যাদ্রে হায়বতু ঙাইদনা!

শেলুংবা— করি ঐনা পোকপা ইচাবু ঐনা হায়বা ইন্দ্রে হায়তুনা মীঙোন্দা খংহনগদবা—হুম মতু ঐ পামদে - ঐনা পোকপা ঐগী ঈ অশেংবা ওইরবদি ঐনা হাযবা ইনগদবনি অতুনা ঐগীদি হায়গ্রে লুহোংবসি শোইদ্রবনি!

কুমার— অতুবু পাবুং অমুক্তদি খনবীখো।

শেলুংবা— খনবা খন্দবা ঐগীদি হাযরিবা অসিনি শোইদনা লুহোংগদবনি! (থোকখি)

কুমার— হৌজিক করিনো তৌগদবা—পাবুংনা হায়খ্রবদি লোইরে শিবা ফাওবা হোংঙু য়াগদবা লৈত্রে। (ইবেমচা থোরকপা)

ইবেমচা— তামো—ঐ পাবুংনা হায়বা ইনবা তারবদি ঐ শিগদবনি।

কুমার— মুপীমচা! নং মতু হায়গমু ··· ইমানা পিশক পিক্না ঈ মতুমদগী হুন্দোক্লম্রবনি নংবু পাবুংনা মীওইনবা য়োক্লে—

অহল ওইহুনা শিগদৌরবা মতম অসিদা অহুক রানা শিহনবা হৌনদে—ইপা ইমাগী লম্মলদি মচা ওইবা ঐখোইনা মপোক তরেৎলক পোক্তুনসু শিংবা ঙমদে হায়নরিবনি—নংবু পাবুংনা ইবেনবোক মাপ্লি হায়তুনা নংনা হায়বতা ইল্লক্লিবনি হল্লক পাবুংনা হায়রবসি ইল্লবা তৌগনু ! ঐখোইগীদি পাবুংনা লোই-রবনি, ইচিল ইপুন্না ঐখোই অনিনা থরাই থারবা ফাওবদা পাবুংনা হায়রবতদি ইনফম থোকই ! থংদ্রে মুপীমচা নংসু অঙাং নদ্রে নংনা ফগদৌবা খন্দুনা অতুম ···। ( চংশি ইবেমচানা ফল্লাংদা যাল্লিবা মনাগী কোটৌ মনাক্তা চংশিন্দুনা )

ইবেমচা— ইমা ! ইমা ! নংনা ঙসি তাইবংদা ঐবু হুন্দোক-পিরমহুনা অসুক রারবনিকো ইমা ! নহাক্না ঙসি লৈরম্লবদি নংগী নথাদা কোপ্তহুনা নমোম্না কপচবা তাবিরমগদবনি—ঙসিদি ঐনা কপচবা অসি তাবিনবা কনা অমতা লৈখিদরেনে ইমা—! করিনো ঐল হৌজিক তৌগদব', হুমিৎ অহুদা ঐনা রাশক-খিবা অদো—মরাল লৈজদবা মীগী মচা অহুবু ঐনা চংহাৎ হাৎপা, নত্তে—নত্তে—মহাকপু হাৎকদবগী শরুক ঐ শিখিবনা হেম্না কৈ ! ঐ ইল্লোই কনানসু হায়বা ইল্লোই, ঐনা হৌজিক মাঙোন্দা নত্তনা লুহোংবা তারবদি মহুগী মমাংদ ঐ শিগনি !

---

# অনিশুবা মশাং

## ১ বা উৎপা

### লৈকোল

( অবাবা বাখল খন্দুনা মশম মনা ইকা ফানা ইবেমচা চংলকই—অমুক চপ লেপ্পী—থাখল্না হুংবংনৈ অমুক খল্লি, মমিৎতা ইগ্না চেল্লি—মমাই থাঙৎলকই মমিৎ স্থন্দা য়েংভি—খংহোদনা খম্মোইগী অবাবছ শক্লকই )

### ঈশৈ

রারেদকো করম্নো
লমদম কৈদা লৈরিগবা
থংলেন মাঙ্গ পাম্মুবদো—
পাঙ্গল শোল্লবা ঐনা
হুংশি লমদম য়েংহুনা
মাঙ্গ নংবু থিবদি
ঙমখিদ্রেদো পাম্মুবা ॥

ইবেমচা— হ্বুংঙো হুংশিবা ননাওবু করি ওইরসিগে—হৌজিক অসিদা শিবা নত্তনা ননাওগী উপায় অতৈ উথদরে নোংমা লাক্কবরা মলাক্তা ; লোইদাম থাবুম কয়া হোথিবনা ঙসি নিনিতা মঙাইশল্লক্রে, রারবা গত্তি লৈত্রবা মতম অসিদা মাঙ্গ নপাওখোল অমতং ফংজরবাদ ননাওগী অরাবা মৈচাকসি কোকদবনিকো হুংশিবা — খাম্বাৈমদা চংলবস্থ — লাইজ্র ইরোলহুংদা লুপ্লবস্থ, হুংশি চেংলৌ চিংনা য়েং নোক্লা-নোক্লা

চংজনিংববু—মুংশি লমদন্না ভামথিবনা ভমজক্রেদো পাম্মুবা। পম্থৌ য়েক্লবা ওইথরে—খোংদা ঝিঞ্জুর থাংলবা অক্লা থক্তা পুল্লবী পোম্বীগা পাংথক ওইথরে। (তোম্বী চংলকই) ইচে করিনোনে ঐনা হৌজিক তোগদবা অসিবো—নংনা ঐবু পোকমিন্নবা ননাওগুম্না মুংশিবনি ঐবু করি কৌ হায়বগে ইচে—, য়েংঙু ভসিদগী মুমিৎ নিনি লৈরগনিনে ঐনা শিগ-দবা। হায়য়ু ঐবু অসুম শিগ্রো হায়বরা ?

তোম্বী— ইবেম্মা—ভাইখো ফিংগৎখিগনু ইচে রা হায়গে—লুহোং-বসি য়ৈথোক্লবা উপায় অমতং থন্নসি—।

ইবেমচা— ইচে উপায় লৈত্রবনিনে— ঐগী চহিনা হন্দকী তরাহুম-দোইনি পানবা অসিদগী হেল্লবদি চহি ২৫ ফাওবা লুহোংবা য়াদ্রে পাঞ্জিনা হায়রকই—অতুনা ঐনা হোৎনজবা অপুম্বা মুংদা ঈশিং চাইবগা মান্নখ্রে—পাবুংনা য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে -কান্নদে ইচে উপায়গাক অমতা খিরগুমসি—ঐ হেক্তা শির-গে—হয়েং ইবুংঙো মানা লাকপা মতমদা লাইবক থীবা ঐগী মোংফমদা লেপ্তুনা ঐবু "ইবেমচ' হায়না মুংশিবা মরাহৈ অতুনা অমুক্তং কৌবায় হায়বায়ু—মতুন, পাম্মুবা মাগী সেবা তোবা শকচগে।

তোম্বী— ওপথখো—ইবেম্মা শিবা হাযবা অদুদি লাইখবা রানি—মতু নত্তবা অমা থন্নখিসি।

ইবেমচা— করি উপায়নোনে ইচে।

তোম্বী— অহল-লম্মলগী য়াথংসু ভাকপা ওইনা নং লুহোংঙু রো— ;

ইবেমচা— হাঃ হাঃ ইচে— অতুরা নংগী উপায় হায়বদো ?

তোম্বী— ইচে হায়খিগে—ঙাইখো তাখো— লুহোংঙু রগা মঙানি চাককোবদা মুমদা লাকপদগী হল্লহু মুমিৎ মঙানিদং নংনা হেক ঙম্বা উপায় য়েংহুনা খাংঙুরো মতম অতুদা পাবুংনা হায়রবসু পাবুংগী য়াথং অমুক ঙাকলুরে—ঐনা হায়জবা অসিসু তাবিরো হায়না হায়য়ু— অতুদগী ইবুংঙো অতু হল্লকপা মতমদা ঐখোই অনি চংহুনা হায়জরুসি !

ইবেমচা— অতুদা ইচে মুমাক অমদা চৎলুরবনি হায়না ইবুংঙো মানা কাওখোকপীরবদি ;

তোম্বী— য়েংঙোই মতাং মতাং ওইনা ইচেগী রারী অমসু লীগে— ইবুংঙো লালা অতুগা য়াম্না চান্নবা মরূপ অমা লৈ—পিক্লিঙৈদা ঐখোই অনি যণশেনবা য়াওমিন্নৈ ঐখোই অনি চহি থোইনা থেন্নদে—মতম অতু ঐখোই অনিমক অপাম মুংশি থংবা চহি মতাং নৎত্রবসু শক্কা শক্কা হেক উন্নবদা থম্মোইদা মুংশি লৈই অমমম চিংখি—মতমগী মতুং ইন্না লৈই অতু নোংম নোংমগী ময়েক লারকই--অতবু -নোংমতসু পুক্লিংগী র' ফোংদোক্লদে— কৌবা ফাওবা কোনদে—হেক উন্নবদা—মিৎলুদা প্রেমগী ইরা হৌনৈ থবা লৈরে ঐগী থাজবা মতম ওইরক্লে— অহল-লম্মন্না ঐ থংদ্রিঙৈদা থাজখ্রে—পাও অসি হায়বিনবা ঐগী মী কনা অমতা লৈখিদ্রে—থাজখ্রে হায়হুনা ঐবু অহল-লম্মন্না মপাল থোকহন্দ্রে- লুহোংগদবা নোংমা রাংলিঙৈগী অযুক্তা ঐনা ইরুজরিঙৈদা মহাক লাকই—ঐখোই অনি মিৎতমক য়েংনৈ

রা ঙাংবদে ঙাহাক লৈরগা মিৎ মরিমক পিনা পুমথন থট্রে—লৈথোক্তুনা চৎখ্রে—কৌনবা পাঙ্গল লৈহৌড্রে—লুহোংলে মাগী রাখলতনা করিগুম্বা অমত্তদা পুক্লিং চংড্রে—থম্মোইমুং-দদি নিংঙমদবা মৈনা তত্তনা চাকই—থা অমা লৈরগা লুথ্রা ওইরে— য়ুমদা হল্লক্রে—মতম অতুদনা অমুক্কা হেন্না রা ঙাংবা ঙমড্রে— থম্মোইদা ওমচারুতুনা লৈবতু থাংবা ঙমত্রতুনা—ইকাই ইকি হুন্দোক্তুনা কৌজরে — লাকই—মতম অতু ফাওবা রা হৌদোকপা ঙমড্রে—য়ুমদগী হৌগৎতুনা চৎখ্রে—মাংঙে হায়তুনা তান্নবদা লম্বীদা ঐন হেক ঙমজবা হায়জগে থনবদা ঙমত্রতুনা রাহৈ অমা অনিদং হায়জরুই ·— মহাক্না হায়রম্মী নহাক্না ঐবু মুংশিরিবা অতুকী মথৈ ঐ অসি নহাক্কোনি। ( বারী অসি ইথক অমদা তাওতুনা মমিত্তা ইরা চেন্দুনা লীরে—মতম অসিদা অান লাক্তুনা ) আঃ মহাক অতুগী য়াম্না চান্নবা ইবুংঙো লালা অতুনা ঐথোইগী রা অসি করিগী তাবি রোই ; নহাক্কী রারী অসি চুম্না লীতুনা তাহনগনি—হায়জগনি থাং চিক্তুনা রাশক্লগা চাময়ক হন্না হায়জগনি।

ইবেমচা— ময়াবিরকত্রবদি— ?

তোম্বী— মতম অতুদা মমাংদা খুৎচাবা ছুরি অমা পাইতুনা থিলহত্তুনা শিগনি—অতুগা করিগীসু য়ারোই মানা নংবু থাজ্জেশেংনা মুংশিরবদি করি দোষ লৈবগে শিবা ত'রতুনা হিদাক চাবনি—নপুকচেন্দা লেপ্পু—সতী ধর্ম্ম কাইহনগদু ঈশ্বরনা থৌজানবীগনি !

ইবেমচা— ইচে - মতু ঐ পামড্রেদা !

তোম্বী— অহুদা ইবেম্মা, ঐস্লু নংগীদমক্তা খনবদা চাবা থকপা চংজ্রবনি—অসিনত্তনা উপায় অতৈ লৈত্রবনি।

( শেলুংবা চংলকই )

শেলুংব— করি হায়রি তোম্বী !

ইবেমচা — পাবুং ঐ লুহোংঙোই !

শেলুংবা— করি, ঙসি নিনিত্তা ঙাইরবদা মরৈ তৌরি—, নংনদি ঙমগদ্রা ? ঐনা হায়বদা ইন্দবদি নতিক্রা—খংগনি নং ঙসিদগী হোনা ইমুংদা শো-লোনশিন্দুনা থমগে থোংকাপ অমা কাওবা চৎথোকহল্লোই, সিকএ— ঐগুম্বনা হায়ববু—চৎলু—ইমুং চংঙু !

ইবেমচা— পাবুংগী নচা খ্বাইনা উনরিবা অসিবুদি পাবুংনা ফাবিরবস্লু রায়ক ইন্দবী ঐগী থম্মোইবুদি লুহোংহনবা ঙমলোইনে পাবুং !

শেলুংবা— ইয়া মীনা হায়রগা মচিনস্লু থিরি—য়েংঙ্দনা ঙসি ঐনা নংবু পুন্দবরা হায়না !

---

## ২ শুবা উৎপা

### লম্বী

তোমাল— ঐবু মখোইদা চৎকনি হায়হুনা লাকএ—অহুবু হন্না হন্না হায়জক্কই মায়খিবতা ফংথরে, করিনো ঐনা হৌজিক তোগদবা—ঐনা মাবু অস্নুক য়াম্না লুংশিরি—মানা ঐবু করিগী

সুংশিল্লোই—তুম্বা, চাবা, থকপা, হিন্না, চৎপা, ফম্বা অহিং সুংথিন্দা মাতবু খন্দুনা লৈরে মানা ঐবু করিগী খল্লোই। কৈ লমজাও থোকপা য়াহল্লোই—হেক উন্নবদা সুংশি ন্নাহৈ অমা অনি হায়গে য়েংশি মানা ঐবু কয়া কুইনা সুংশি-দবগে—; অতুগা মসি ফাহুনা চিংলবদি—অতুসু ঐগী পাঙ্গল মতা অসিনদি মানা হেন্না কল্লি—আঃ লুরবা মতম অসিদা ঐগীনি হায়তুনা হন্না য়েংবদা কনা অমতা লৈখিত্রেদকো—ঐগী মী লৈরবদবু মাগুম্বী গুপীমচা অমনা—ঐবু ওৎপা মতিকলা—ফরে! (ছুরি শহ্‌না) ছুরি অসিনা অমুক্তুং কিহনগে অতুদা মানা কিহুনা য়ান্নবদি ফরে নত্রবদি (মখুৎ নিকপা) খুৎ নং করিগী নিক্লি হাৎকদবসু নস্তবা ছুরি উৎসিদা হায়বদা করিগী কিরি—হুম মসি ঐ পায়বা ঙমদ্রে—নং চংথ্রো! (খুমজিনবা) হুম্ ছুরিগী থবক লৈতে—ময়ুমদা অমুক্তুংদদি চংঙুখিগে—সুংশি ন্নারী শাক্লখিগে—; হিঃ লাকইবা অসি মহাকনিনা—করি উপাযনো—বেশ লম্বী অসিদা হেক্তো মহায়রগে—(তোম্বী চংলকই লম্বী থৎতুনা) শানৌ পুকচেল কনমল্লি পায়মা লিংজেল থামল্লি—সুংশি নগুংলাংগীদমক্তা পাথংগী থম্মোইদা চাক্লিবসে উত্রবোইদকো সুংশিবী, কোন্নৌ-শিংবুম য়াম্নক্লে লোইদাম থাজ কুইরক্লে সুংশি নংগীদমক্তা ন্নারকপসে—। শিঙেল শাৎপা পামেলনা চাওমনখিবনা—পামেল থক্তা কাহুনা লৈরাং মাবু হেক্লবা পাথংগী পাঙ্গল লৈজদবনা পামেল উখোং শংজবা অসিবু—শিঙেল লৈকা অমতং কেনবা মতম ওন্তরেনে—।

তোম্বী— ঐবু কয়ারক হন্না হায়জখোগে —হুম্ ঐ য়াম্না নুবা খবক অমা চৎলিবনি—ঐ চৎলগে— ।

তোমাল— ইবেম্মা মুংশিবা হায়বসি করি হায়সিগে, থিনা হায়রে মুংশিরে কজনা হায়রে মুংশিরে মুংশি লাংদা তারবদা অমুক চাওখ্রবা তাইবংসে থোইদিংমুক্তা চাওইদো— ; কল্লক চাওবা তাইবংনি মীয়াতনা পেন্নবা মীওইবনি— পম্মোগী ইংখোল চাইগোইমুংদগী শিঙেল চান্না ফুক্লগা পাখং ইরান য়াই য়োৎহনা লৈরাং কোলোম শেমতুনা নিতি মুমিৎ খুদিংগী অশাংপা লৈরাং হেক্লগা য়াইস্কুল শোরোক লমজাওদা কল্লক-চাওবা খোইমুগী মমাংদা লেন্নবগী পান্দমগুম পাখংগী নাপদা খেৎচনিংবদি অরেম্বদা তাহনগে খল্লবরা ?

তোম্বী— অসিগুম্বা অসি তাহনবীগনু হায়তুনা চামরক হন্না হায়জবসি থৌওইনা তাবিদ্রেদনা, ঐনা মুপী নংতহনা শামান লেংমান্নবা মুপা ওইরম্লবদি মাইয়োক য়াবদা মতিক চাগদবনি—করিনো লাইমমু খংদেদা—ইকাই হায়তুনা ফি শেৎলিবনি, শিগনি হায়তুনা চারিবনি— ইকাইবা শরুক থুংলমদ্রবরা করিনো — ?

তোমাল— মতুমক হায়রকনি হায়বা খংঙি—অতুবু ইবেম্মা নহাক্না থিনা থিনা হায়রগা ঐনা থোইনা হেন্না মুংঙাইখ্রে—নংনা মোমোন নোকপনা অহোইননা চাকখ্রে — ইবেম্মনা ঐবু মুংশিদে হায়বা খংনা খংনা ঐগী মুংশিবা অসিদি তোকসি হায়বা য়াখিদ্রে— । লাইথুং অমগুম পকখ্রে – করি হিদাক চারগা লাইনা অসি কোকদগে মতমতং তাকপিরম্মু ।

তোম্বী— ইকাই খংদবগী হিদাক লৈতবনি—সে লম্বী থাদোকউ চৎলগেসে।

তোমাল— ঐনা হায়রজবসি মত্তাম্নরোইদ্রা মুংশিবী!

তোম্বী— হন্না খন্নবগী য়াখল লৈতবনা মীগা শাগা খেন্নরিবনি, মচু লৈত্রবদি মীসু শাসু চপ মান্নে।

তোমাল— করি তোম্বী, নং ঐবু খংদ্রা—কল্লবসু শোল্লবসু ঐ মপা অমনি নংনা ঐবু করি ওইনা উই?

তোম্বী— শাবুদি শা ওইনা উবসি মওাইদনা করি ওইনা উগদগে।

তোমাল— (ছুরি শণ্ডুনা) উত্রসে— নং হাৎলম্লগা ঐসু শিগনি হায়রু মহাক ঐনা হায়বা ইনগদ্রা?

তোম্বী— হোঃ লৈকাই লৈকাইশা মী হাৎকদৌরে …!

তোমাল— ও! মাংঙে মাংঙে! করিসু নত্তে—করিসু নত্তে— (ছুরি থাদবা) লাকও চৎলরো চৎলরো ঐ করিসু হায়জদ্রে!

তোম্বী— ইকাই খংদবা শা! (চংখি)

তোমাল— বিষ্ণু! বিষ্ণু! (ছুরি থুনগণ্ডুনা) নং কোম্নরকপনা মুংশি থুদোল ফংগত্রা হায়ববু—ফাঁসি থৌরি ফংঙমগনিদো— ওঃ কৃষ্ণ! কৃষ্ণ! (মকোক শায়জুনা কমথৈ) হাঃ ঐ কোয়জ-রয়োই! কোয়জরয়োই!

---

## ৩ শুবা উৎপা

### মাঙ্জোল

( ফমুং অমা থাই—চাওবা য়াম্না ওমদনা হিপ্পী লাইথিক ফাল নামা-বজি, লৈ-শু-ধূপ-থাওমৈ লৈ—খুয়া ওইরপ চাওনু কম্মী, ইবেমহল কপ্পা কপ্পা মবুংগী সেবা তৌরি—চাওবা জ্বান মাংলম্বদগী হম্বকপা। )

চাওবা— ইবেম্মা—নুপীমচা !

ইবেমহল— তামো !

চাওবা— মং কদাইদা লৈ !

ইবেমহল— ঐ অসিদা লৈ তামো !

চাওবা— ইবুংদি য়াম্না—নুংঙাইনা—তুমলুরেদা—কনা কনা লৈ—নত্তোমতরা ?

ইবেমহল— মখাথংবগী খুরাম্মু লৈ মী অতৈম্মু মপান্দা লৈ !

চাওবা— খুয়া !

চাওনু— ইবুংঙো—করি হায়বগে ?

চাওবা— খুয়া—ঐগী—ইনাও—অতুগী—লৈকম—অতু—হৌজিক-ফাওবা—থংদ্রেকো ?

চাওনু— কবোরোমদা লৈ হায়নদি তাই অতুবু মফম কদাইদা লৈবনো তাংদাংবা থংদ্রে !

চাওবা— ঐগী ইনাও—অতু—অমুক্তং—উম্ননিংঙি—অতু ঐগা—উনৌ—হায়না— তমদ্রমাল্লে—খুরা,—ঐ— য়াম্না—রারে—ঐ—য়াররোই—হায়বা—থংঙে !

চাওনু— করি রানো ইবুংঙো হৌজিক অতুগুম্বা রাখল থনবা হৌনদে—খুল্লানা—হোৎনরি - নং করিম্মু তৌরোই—মৈচাক অতু থরা

ইংনবা—শ্রীগোবিন্দগী নাম কাওগনু—ননাও অহু ঙসি হয়েং লাক্লগনি হায়না খ্বাইনা ঙাংনরি !

চাওবা— খুরা—ঐ স্বর—পুবা ঙমশল্লক্তরে--ঐ— য়াম্না রারে— ঈশিং থজিক্ত— ( ঈশিং লোহুনা চামচনা ইনবা ) পেল্লে— মুং-ঙাইরে ; হা কৃষ্ণ ! ঐবু রারেদা—খুরা—ঐ—লৈত্রগা— ইচন অপিশক—অসে—ঐগী ইনাও অহু লাকত্রিবা ফাওব-তদি খুরানা—কোনবী—য়ু—কো- পোকপদগী—মুংঙাই-বা—মশক—থংজরক্—বনি ইমা—ইপাম্নু—মশক থংহো দ্রবনি—মাবু—কোন—বিয়ুকো ! কৃষ্ণ—কৃষ্ণ—গো—বি—ন্দ ( রা ঙাংবা ঙমখিদবা )

চাওনু— লোইরে—ইবুংঙো চাওবা ! ( তোম্বী চংলকপা )

ইবেমহল— তামো—তামো—হৌজিক্তা রা ঙাংলম্বদাই—তামো— নংবু কদাইদনো — ঐখোই অনিতা লৈবদা নংনা ঐবু হুন্দোক্তুনা কদাইদা চৎকদৌরিবনো—তামো—ঐবু কনাগা লৈহৌগদগে নংনা ঐবু কনাদা শিন্নবম্বগেনে—তামো—হো তামো—ইমা-ইপাম্নু কনা অমতা লৈত্রে—ঐবু কনাদা শিন্ন-রমহুনা নহাক কদাইদা চৎলিবনো—ইচে য়েংঙুনে তামোনা ঐখোই অনিতা লৈমিন্নরগা—ঐবু হুন্দোক্তুনা চৎখিগদৌরে— ইচে ! খুরা নখোই ময়াম চংহুনা তামোবু থরা থাম্বীয়ুনে— তামো—তামো — —হৌজিক্তা ঐব্ কদাইদা লৈবগে হংলম্ব-দাইনে—কৈদৌরে রা ঙাংখদ্রবদি—তামো—ঐনা কৌব’সি তাদ্রবরা— হো— তামো— তামো , ইচে তামোসি কৌবা খুমখিত্রেনে, মহাক্না ঐবু হুংশিদ্রমাল্লে, হুমিৎ খুদিংগী ঐনা

চাক ইনবনি, ঙসিদি চাক থেংলে হায়হ্না শাওরমাল্লে ঐনা কৌবা খুমখিত্রে—তামো নংবু ঐনা কৌবসি খুম্মরোইত্রা—তামো নং ঐবু হুংশিত্রবরনে—অঁমুক্তা খুম্নকখো রা ঙাংনখিশি—তামো—নংগু রাজোই নং ঐবু হুন্দোক্তুনা চংপা রাজোই—তামো—হো—তামো।

( অনিতুবা মশীং লোইবা )

---

# অহুমশুব মশাং

## ১ বা উৎপা—কা

(নিংথিনা লৈতেংলবা কা অমা—কয়ুং, টেবল, চৌকি, ফিয়ান, কক, মকম চানা নিংথিনা থাই—ইবেমচা য়ায়া য়ানা য়াথল তৌদুনা কয়ুংদা কন্নী )

ইবেমচা— ঙসি মবিনি শুরে ঐনা য়ুম অসিদা বন্দীগুম্না লৈরক্লিবা—হযেংদি মঙানি চাককৌবা নুমিৎনি হয়েংদগীদি—অয়াবা কোক্ল-গনি—ঙসি অহিং অসিমতা মঙাইরে ঐগী চাংয়েংবা—ইমা ইবেম্মা অহিং লাইরেম্বী ঙসি অসিমতংস্থু তুমনিংহনবীগনুকো অহিং অসি কয়া থেংলবিগবা। ( মপান্দা ওয়াল ক্লোকী পুং ১২ তাবগী খিংই তাঞ্জা অসিমক্তদা শাজো চংলকই )

শাজো— য়ু লিকলি পায়রি। হায করিগী হন্দোক্তুনা লেপ্পা, (কয়ুংদা ফম্বা নং থুমিৎ চুপ্পা কপ্পুনা লৈ করিগী হন্দোক্তুনা লেপ্পী—লাও হুংশি রারা শাসি—খোংউপ লৌথোক্লো লাও—য়াদ্রে—বস্—নং ঐনা হাযবা য়ারোই ঐ খংঙি, লাও নং য়ু থক্কে হায়ব্রা লাও থকও লাও—হঙ্গোইরে নম্রা—করিগী অস্থক হাওববু— ( য়ু থকই। নংগী অরানবনি—ঐনা হায়বা ইল্লোই-দবা লৈরবদি করিগী ঐগা অসিদা লাক্লিবনো? নহাক মাংজ-রবনিদো—ঐদি বস্ মঙারক হোংগনি— করি বেরা লৈ—নংগীদি হন্দক হোংবা অসিনা লোইয়ে — নংবু কনানস্থু পাম্বানোই। করিগী তুমিন্না লেপ্পুনা লৈরি—লাওনে—ঐনা হায়বা ইল্লুনে (য়ু থকই) নংনা ঐবু হঙ্গোইরি—য়ু থকই হায়দুনা

ঐগী য়ুমদা চাক ফাওবা চাবিদে—চাক চাত্রবদি শিবনি থংউ। হুম্—নং য়ুবু হঙ্গোইবা নত্তে—ঐবুনি—ঐ থংঙি—নং কনাগুম্বা অমদা রাশকপ্রে অতুনা ঐগী অসিদা নহাক নখোইগী বাবানা হায়বা ইন্নবগীদমক্তা লাক্লিবনি—বেস্—ঐ কন্নিগী য়ু থকই থংত্রা? —হাঃ হাঃ হাঃ করম্না থংগনি—নং মতু থংলবদি ঐবুস্তু মুংশিন্নমগদবনি—ঐ য়ু থকই—ঙাওবা ফাওবা থকই—ঙাওনবতা নত্তে—থম্মোইগী মৈচাক কোক্লবা—অতুগা ঐনা লাল্লুবা অসি কোক্লবা থকপনি। (ইবেমচাগী মনাক্তা) হাঃ হাঃ হাঃ কিস্তু কি নৎত্রা? (য়ু থকই) হাঃ হাঃ হাঃ কিরে ম্না কিরে—অতুবু ঐ করি অমতা হায়রোই—হায়বা ইন্দবদি মুপীগী মথৌ নত্তে—নং ঐগী মুপী নত্তে—অতুনা হায়বা ইন্দবনি—পাইগ্রো নংগী হান্নগী নহুমদা—নংবু ঐনা ফাতুনা থম্বগী দরকার অতু লৈত্রে ননিং তম্না পাইখিবা য়াগনি (য়ু থকই) বস্ হৌজিক্তি পুন্না ওইরে নংবুস্তু ঐনা ছুটি — ছুটি — ।

(তুমথখি ইবেমচা উতিং-শুম লেপ্পুনা লৈহৌই)

---

## ২ শুবা উৎপা

### লম্বী

(চাক চাবা হন্নকপগী কিজোন্দা মনি, তোমাল চংলকপা)

তোমাল— ভায় ঐ চাক চাবগাক চংত্রবনি—নংগী তোম্বী হায়বী অতুবুতা য়েংতুনা লৈখ্রবনি – ঐনা নহাল নংঙোন্দা তম্বা রারী

অদো, ঐ মাগা উন্নগনি হাক্কা অনিগী থক্কদা থৈহ্না
চৎচরবনি।

মনি— লৈংনু ওহোক ওহোকপা, অদুগুম্বা থবকশু তৌই হায়রা,
নখোই ঐখোইনা তৌরা থবক অসিমক্তবু হীরা তাবদা
শুকগ্রবমক্তা ওইনা থোকই।

তোমাল— ঐগী অসিদি থবখিসি—শাক্তৌনা য়ু য়াম্না থক্লিবা অসি—
মহৌশাদি থক্তি থকইকো—অদুবু হন্দরা অমুক হেন্না থক্লি-
বসি মথরাই মুংঙাইতবগুম্বা অমা তৌথভাইদা—

মনি— মথরাই মুংঙাইতবা হায়বদু থেংলবনি—মাগী মুপী অসিগী
হাক্তকতগী ; মানা পংমুংদা মুংশিজন্না, মুপী অসিনদি শুক-
পাম পাম্বীদবনিদনা।

তোমাল— মুপী মশানা পামদনা লুহোংবা অসি কয়া মফন্তে
মথোইসি য়ুম্বাল ফজনি হায়বা থাজদ্রে—অদুগা ভায় নংগী
তোম্বী হায়বী অসিনা ঐবু ওৎলিবসি ওৎলেদকো।

মনি— তোম্বীগী য়া অদু তোকখিশিদা—চৎসি ঐ থবক অমতং
চৎলুখিগে। ( গোপাল, লালা, বেডিং সুটকেশ অমমম পাইহ্না
লংকৈদগী হন্নকপা ফিভমদা চংলকই ) হায়মা গোপাল বাবু
কদোমদগীনো তৌরুকইবা অদ্রিবো।

গোপাল— ঐখোই কবোরোক্লা চৎচরুই— হৌজিক্তা গাড়ীদগী
কুমথহৌবদা নঙাইগ্রি—বাবুদি কলাইকা লোংঙ্গিরনো।

মনি— ঐখোই হাওবক লেলুৎবগী মচাসুপীগী মক্তানি জাক্তোবা
চৎলুই।

গোপাল— লুহোংব্রবা—মিপাদি কনানো !

মনি— তোঙাওগী মচা শাজোদা — অহুদি য়ুম রৌথিরুক্রিবান্নে—
নেংঙো ঐখোইস্সু থবক অমত্তা চৎচরুখিগে । ( চংখি )

লালা— লুহোংব্রবা—ইবেমচাবু লুহোংব্রবা । ( মখুত্তগী পোং ভাখি )
হুম্ ঐগী আশা— মুপীগী লমচৎ, মুপীবু থাজবা— হাঃ হাঃ
গোপাল ইবেমচা লুহোংব্রে নত্রা ? হাঃ হাঃ মানা ঐঙোন্দা
রাশকখিবনি—শিবা কাওবা ঐবু নত্তনা অতৈ রাখল থনজ-
রোই—য়েংঙু থা ৪ দা শকা শকা উন্নদবদা শিথিবস্সু নত্তনা—
ঐবু হুন্দোক্তুনা রাশক অহু কাওখিহুনা অতোপ্পা নিপা
অমদা লুহোংব্রিবসে—ঐনা মাঙোন্দা হায়খিবনি—ঐদি লায়-
রবা চুদৎনবা চারা অনি শুনা চাবা কংদবা মীনি—নখোই-
গুম্বা অচৌ-অশাংগা মুংশিনবা মতিক চাদে—অহুবু মানা
ঐবু থাজহল্লহুনা—মৈনুংদা ল'শল্লমগা ঙসি মানা লুহোংব্রে—
হাঃ হাঃ হাঃ !

গোপাল— ঙাইখো ভায় তপথখো—অহুক লুনা রাশকখি মহাক্না
লুহোংখিরসি করিগুম্বা অমা লৈরমখিগনি ।

লালা— করি মরম লৈরমখিগদগেনে মরূপ— মহাক লুহোংব্রে
অতোপ্পা মুন্নাক অমদা ওংখরে—করি তৌগনি— ; য়ায়া
আশা তৌরম্বনি অহুবু ঐগী অচৌবা আশা অহু অরেম্বা
তাপ্রে—মানা চাদ শত্তা ভুমদা ছিগুবা পৈশা তাম্লুবদা অরাবা
থংদবনি, ঙসি পৈশা অহুসু লৈরে মাত্রে অহুবু মরূপ থম্লুবদা
থংহৌদনা থম্মোই অসি কাইব্রে—চৎলসি—ইয়াম্বল ইচল

তুপীগা অমুক্তা উন্নরমখিগে শেলশিং অসি পীরমখিগে —অহুগা ঐ চৎখ্রগে— ।

গোপাল— তপথখো কিংগৎখিনু—মানা লুহোংখিবা অসিগী অমুক্তং খোংগুল লীখিসি -চৎসি য়ুম য়োরুখিসি ।

লালা— অমুক খোঙ্গুল লীরুছনা করি কান্নগনি — মানা ঐবু হন্দোক্কনা লুহোংখ্রে —ইবেমচানা রাশক থুগাইছনা লুহোংখ্রে লোইরেদনা মরুপ ! হাঃ হাঃ হাঃ তুপী — । ( চংখি )

## ৩ শুবা উৎপা

### য়ুম

( লালাগী হায়রগী ময়ুম, থাংগোকশং—থোং লোল্লি, মী লৈভবগী ফিভমদা মাঙল অহু ইচাই চাই উচেক বারা মকোল শারে, কক শেগাইবা অমা ভাই ! লাকুম শিংগুম য়ায়া ভাই— ; উপু ট্রঙ্ক য়াল্লি নাকন্দা বেঞ্চিং কোন্দুনা তুরোই গামলোই লাল। চংলকই )

লালা— ইবেমহল, ইবেমহল ; করিনো কনা অমত্তা লৈভবরা— ইমুং মাঙোল অসিস্তু মী লৈভবদোনা ইচাই চাইরি থোং অসিস্তু লোল্লি—তামোগা ইবেমহলগা কদাইদা চৎখ্রবনো— ইবেমহল ! ( কোয়েং য়েংভি—খরা চৎথোক্কনা অমুক কৌই ) ইবেমহল ; ইবেমহল ! হো খুড়া অদোমদা ইবেমহল লৈত্রা— ইবেমহল— ! ("ইবেমহল মনুংদগী "কনানো") ইবেম্মা ! ঐনিনে লাও অহুদা কৈদৌরি, তামোহলদি ! ( ইবেমহল চংলকই )

ইবেমহল— (কপ্পা কপ্পা) তামো– নংদি হৌজিক্তা য়োরকই—তামো – ঐখোইগী তামোহল লৈত্রেনে— !

লালা— করি হায়বা— ?

ইবেমহল— তামোহল লৈত্রে শোয়াং লোইখিবা ওসি তরেং নিপাম্নি গুরে।

লালা— করি ! তামোহল লৈত্রবা ! আঃ তামো– তামোহল— নহাক্কী অরোইবা গ্গামত্তা ইচিল ইনাও উন্নহৌত্রে—তামো— ইচিল ইপুরা ঐখোই অনিবু হুন্দোক্লমতুনা নহাক চংলবোইরেকো তামো—আঃ ইয়াম্বগী ক্রিয়াধার ওইহৌত্রে— লোইখরে লোইখরে—মপোক অসিনগী লোইখ্রে। (খাওদগী লুপা নাট লৌথোক্তুনা) লুপা ! লুপা ! নহাকপু তান্নবদগী ঐনা হুংশিনা থমজরবা শোল্লবা ইয়াম্বা অতুগী অরোইবা গ্গমিত্তা হুংশিরবা চেংগৌ অতু উবা ফংহৌত্রে--আঃ তামো তামো –ঐবু ওস্থোক্না নি ঙমহৌদ্রেনে—ওসি নহাক লৈরমগনি, নংঙোন্দা নাওখি শাক্লগনি অন্নাবা পোথোক্কনি হায়না লাক্লগা নহাক্তি লেরমদ্রে তামো—ঐ লাক্লেনে—ই'চল ইনাও ন্নান্না শাখসি অমুক্তা থোরকখো তামো– (খোংদা চংজনা কৌকই) তামো ! তামো সৈত্রা--থোরকউ লাগুনে তামো—ঐ পাক্লেনে তামো - তামো। (মাঙ্খ্রে, চাওহু চংলকই)

ইবেমহল— তামোহল— তামো লাক্লে নংনা লাক্লত্রা হায়না হংলম্বা অতু লাক্লে--- অমুক্তা থোরকখোনে, ইচিল ইপুরা ঐখোই অনিগী ইখোল তাদবদা মিংকুপ অমতা লৈবা ভমদবদাই, ভসিদি কৈদোরবগে ন— তামো লাক্লোনে অমুক্তা

থোরককখোনে তামো। ( মবুংগী মনাক চংশিন্দুনা ) তামো—
তামো—নংসু চংকদৌরব্রা ? ঐদি কনাগা লৈহৌগনি তামো।

চাওবু— ইবেম্মা অমুক্তা কপখিগনু রাম্বত্রে! ইবুংঙো লালা—
তাম্লিব্রা!

লালা— ( আন তারক্লুনা ) কনানো—তামো!

চাওবু— ঐনিনে!

লালা— খুরা তামোহল লৈত্রেকো!

চাওবু — ইবুংঙো—লৈত্রে রারুরগনু অকোন অহানতনি নংসু ঐসু
খ্বাই পুন্নমক শিগদবা ঙাক্লনি!

লালা— অচুম্বরা অচুম্বরা। ঐসু মাসু শিগদবা অকোন অহানতা—
হাঃ হাঃ হাঃ ঐসু শিরগনি মাসু—অত্তুদি অরাবা নত্তে—
মুংঙাইবনি—তামোগী মতুং ঐসু ইনগদবা! অত্তুদি—ইবেম্মা
মুপীমচা তামোনা ঐথোইবু হুন্দোক্লুনা চংব্রে— ঐসু—
নংসু— ওঃ—নত্তে—নত্তে—লাও! ইবুংনা নংগী কি লৈরকই।
( মুট কেশ হাংদুনা কি লৌথোকই ) শেংলু - শেংলু মসি নংগীনি
—যেংঙু মসিনা তামোগীনি—ঐনা মাগীদমক লৈরকপনি—
খুরা নং মসি শেংলু—! মুপীমচা নংবু ঙসি ইবুংনা থাজরগনি—
ইনাক খুনবা পামদে—লায়রবা চানিংঙাই লৈতবা মী থন্দুনা
থাজগনি, লুপা লিশিং তরাসু পিগনি—ঐ হৌজিক লুপা
লিশিং তরাগী মপুনি! লাও খুরা ইচল মুপী থাজরুসি— —
লাও লায়রবা কনানো—লুপা লিশিং তরাগা ইচল অসিগা
লোগদবা কনানো—লায়রবদা পীগনি—ইচল থাজগনি, হাঃ

হাঃ হাঃ ঐনা থাজগনি লৌরো লাও—লৌরো লাও। হাঃ হাঃ হাঃ। ( অঙাওবগুম লাওদুনা মচল পুদুনা চংখ্রে )

---

## ৪ শুবা উৎপা

### মাঙোল

সেলুংবা— ( চংলক্লুনা ) কদাইট অঙাংশিংদি, হুপীমচা! ইবেম্মা! ( ইবেমচা থোরকই ) হায়! হৌজিক ফাওবা চাক ঈশিং চাত্রিবরা — থেংথ্রনি — চাক চারগা চংননবা থৌরাং তৌরুরো।

ইবেমচা— পাবুং ঐ চংলরোই।

শেলুংবা— করিগী? করিনো নংনা হায়রিবা অসিবো?

ইবেমচা— ঐনা হায়জরিবা অসিনি—ঐ য়ুম অতুদা চংপা ঙম্মরোই— হুমিৎ চুপ্পা য়ু থক্তুনা লৈবা, য়ু ঙাওবা অমদা ঐবু থাজবীরগা ঐ করিগীদমক চংকনি, ঐদি নহাম্না হায়জ্জে, পাবুংথোইনা ঐনা হায়জবা থৌওইনা তাবীথিদে—ঐ পাবুংগী য়াথং ইল্লুরে -হৌজিক্তি ঐ চংলরোই।

শেলুংবা—( মত্তোমতা ) য়ু থক্লবা—ইস্ – কৃষ্ণ—কৃষ্ণ—ওস্থোকইদা। নত্তে হুপীমচা মতু চুমদে—হুপী ফংত্রগা নিপানা, নিপা ফত্রগা হুপীনা রারক রাতেম তৌতুনা পানবনি সংসারসে, মানা ফনা নত্তবা লমচৎ চংলবসু নংনা নিংথিনা হায়জতুনা থেমজিনগদবনি – তৌনু—তৌনু ফত্তে—চংনবা থৌরাং লোইরো।

ইবেমচা— ঐ চৎলগ্নোইদবনি পাবুং—য় থকপা অমবু ইপুরোই-বনি হায়হুনা পুন্সি চুপ্পা লৈরুগদবা—! পাবুং ঐবু করিগীদমক্তা য় থকপা অমদা থাজবিরিবনো ? মণিপুর স্না লৈবাক অসিবু নিপা লৈত্রবরা ?

শেলুংবা— মহু হৌনদে— মপুরোইববু তাথি শোইনাই হায়হুনা হুপীনা মপুরোইবগী সেবাদা পুক্লিং চংদবা কৌনদে, হিন্দু ঐখোইগী চৎনবী হুপীগী লুহোংবদি অমুক্তনি ইপানা নংবু পুরোল অহুম শাক্তি থমহুনা দান তৌপ্রবনি—মসিদা নংনা নপামদা লৈরবদি পুরোন অহুমমক নরক তাগনি—হুপী ওইবীগী অখোইবা ধর্ম্মদি মপুরোইবগী সেবা—মপুরোইববু ঈশ্বরগুম্না ভক্তি তৌবা—অহুনা হুপীমচা নহাক্কীদি লোইরবনি হৌজিক ইপাগা করি মরি অমতা লৈত্রবনি—ফরবস্থু ফত্রবস্থু মহাক অহু নহাক্কী নপুরোইবনি।

ইবেমা—মহাক ঐগী ইপুরোইবা নত্তে--মহাক্তি য় ঙাওবা অমনি—ঐ চৎলোই।

শেলুংবা— অহু ওইরবস্থু নপুরোইবনি— নহাক চৎকদবনি।

ইবেমচা— ঐ চৎলোই!

শেলুংবা— হুপীমচা!

ইবেমচা — ঐগীদি হন্না হন্না হায়জরিবা অসিনি, ঐ চৎলোই!

শেলুংবা— করিগী চৎলোই।

ইবেমচা— মহাক ঐগী কনাস্থু নত্তে পাবুং—ঐ চৎলোইনে!

শেলুংবা— চৎলোই — চৎলোই — হন্না হন্না চিন্থকমক্তদা করি

লয়াই—নংনা চৎতবদি নতিক্রা—ঐগুম্বনা হায়ববু—; নংনা ঐবু কপ্পি ওইনা উই—। (তোম্বী চংলকই)

তোম্বী— হাইমা ইবেম্মা নং হৌজিক কাওবা নফি নরোল শেৎত্রি-বরা—মী পুম্নমক ঙাইহুনা লৈরে খেংখ্রে চৎলরো!

ইবেমচা— ইচে ঐ চৎলরোই।

শেলুংবা— য়েংঙু অমুকস্থ হায়রিনে!

তোম্বী— হুম্ মহু নত্তে নং চৎকদবনি।

ইবেমচা— ইচেস্থ ঐঙোন্দা তকশল্লকস্থ—য়ু থকপা নিপা অমদা ঐ লৈবা ঙম্মোইনে!

শেলুংবা— স্থপীমচা - মতোইনরা নং ঙসি— য়ু থকে থকসন্থ—হুবানগে হুরানসন্থ—নহাক লুহোংখ্রবনি।

তোম্বী - পাবুংনা হায়বা চুম্মী! স্থপী ঐখোইনা ইপুরোইববু তাথিবা হৌনদে।

শেলুংবা - তোম্বী! মহু চাকস্থ চাত্রিবনি চাক পিজরগা—মফি শেৎহল্লু। নমহুনা থিনগদবনি।

তোম্বী— এঃ পাবুং। চৎহনগনি—চৎহনগনি!

ইদেমচা— ঐ চৎলোই।

শেলুংবা — মসিগী অঙাং অসিদি মানা ঙমগদবস্থ নত্তবদা!
(মপাল লোমদা চৎথি)

তোম্বী— ইবেম্মা—ইবুংঙো লালা ঙসি থুংঙয়ে।

ইবেমচা— থুংঙরবা ইচে।

তোম্বী— অহুবু ইবেম্মা—ইবুংঙোহু জ্ঞান অমা তোরে সরোক লমজাওদা মচল স্থপী অহু পুরগা লাওর লাওরহুনা—ঐগী

ইচল অসি লায়রবদা থাজগনি—লৌগদবা লায়রবা কনা লৈ—মাবু লৌবা মীদা লুপা লিশিং তরা পীগনি—অসি হায়তুনা কোইলাও লাওতুনা চৎলে—।

ইবেমচা— ইচে মহাক ঙাওথ্রবা। চৎলসি ইচে। ( শেলুংবা চৎলকপা )

শেলুংবা— কদাইদা চৎকদৌরিবা ?

ইবেমচা— পাবুং ঐ চৎলবনি—ঐগী ইয়ুমদা। ( চেনখি )

শেলুংবা— করি কদাইদা। ঙুপীমচা— ঙুপীমচা। তোম্বী তাম্নু চৎলু—কুমার—। ( কুমার, তোম্বী চৎখি )

---

## ৫ শুবা উৎপা

### লম্বী লমহাং

ঙুপা— পৈশা। পৈশা। শিব ফাওবা পৈশা ঐ পৈশা পাম্মী। কনা লৈ—ঐঙোন্দা পৈশা পীবা ঙম্বা—হাঃ হাঃ হাঃ পৈশা। পৈশা। রামনথ্রবদি নোক্লিংবা অমসু পোকই। হাঃ হাঃ হাঃ ( ইবেমহল, লালা চংলকপা ) পৈশা পীয়ুবা। নংনা পৈশা পীবা ঙম্লবদি ঐগী মন্ত্রি হাপকনি—ফম অমমম হাপ্পদা লুপা লিশিং তরা-তরা।

লালা— থেনরে— থেংনবে—হাঃ হাঃ হাঃ—আঃ নংনি—পীগনি লুপা লিশিং তবা, লৌ ঐগী ইচন অসি মশকসু হায়নিংঙাই লৈতে।

মুপা— হাঃ হাঃ হাঃ নচল্লা অসে !

লালা— মানি লৌ—লুপা লিশিং তরাস্নু।

মুপা— হাঃ হাঃ হাঃ মসি ঙাওরে-মসি ঙাওরে ঐদি নিংথৌনি—ঐঙোন্দা পীতুনা নচন অসিবু মহারাণী ওইহননিংঙি—মহারাণী নত্তে—চাকনিবী ওইগদবনি !

লালা— চাকনিবী নত্তে—লুপা লিশিং তরাগী মপু ওইগদবনি—লুপা—য়েংঙু—য়েংঙু—!

মুপা— হাঃ হাঃ হাঃ অঙাওবা—অঙাওবা—হাঃ হাঃ হাঃ য়েংঙু কয়াদা ঙাওখ্রবনো ? লুপা লিশিং তরা, লিশিং তরা—হাঃ হাঃ হাঃ লুপা লিশিং তরানা মী লৈগনি ! হাঃ হাঃ হাঃ লুপা লোইখ্রনি নচল তাম্থোক্লনি থংব্রা—হাঃ হাঃ হাঃ লুপাতা পাম্বনি—পামদে-পামদে—নং ঙাওরবনি। থম্মোই-তনা থম্মোই লৈবনি—য়েংঙু মঙোন্দা থাজৌ—হাঃ হাঃ হাঃ অঙাওবা লুপাতনা ঙাওবা মঙাওনি। (চৎখি)

লালা— লৌত্রে—লৌত্রে—কনানস্নু ঐগী ইচল লৌত্রে—কনাস্নু লৈত্রে—কনাস্নু লৈত্রে—(গোপাল চংলকই) আঃ মরূপ লৌ ঐগী ইচলগা লুপা লিশিং তরাগা পীগে—নং লৌ—ঐ থংঙি নংস্নু—লায়রবনি- লায়রবতনা লায়রবগী অরাবা থংঙি—লায়রববু মুংশি—লুপা লিশিং তরা পীগনি ঐগী ইচল অসি লৌরবদি !

গোপাল— করিনো লালা নং ঙাওরব্রা—মুমদা চৎসিসে !

লালা— ঐ চৎলোই, ঐ চৎলোই—লায়রবা থিখিনি। মাঙোন্দা

ইচল মুপী থাজরমখিগনি—মাঙোন্দা ইচল মুপী থাজরম-খিগনি—লাও কনানো ঐগী ইচলগা লুপা লিশিং তম্নাগা লৌ।

গোপাল— অদুবু কোল্না থিসিনে।

লালা— হাঃ হাঃ হাঃ গোপাল চৎলো—নং চৎলো ঐদি থিথি-গনি—ফংত্রিবা ফাওবা থিথিগনি লাও কনানো লৌরো লাও।

(ইবেমচা চংলকই)

ইবেমচা— ইবুংঙো।

লালা— হাঃ হাঃ হাঃ—লৌ-অসি লৌ লুপা পামগনি—লৌ—(অসি হায়দুনা ইবেমচাদা মানা পায়রকপ নোট মপুনশিং অদু লংশিল্লি) হাঃ হাঃ হাঃ নং নংনমি ঐবু—হাঃ হাঃ হাঃ। (লালা লোক অমুক্তং থুই ঈ ওরে—ফমথগ্রে—ঈ অতৎপা লত্রে, তুথগ্রে শেলুংবা, কুমার, তোম্বী চংলকই)

ইবেমহল— তামো। তামো।—(কোনজে)

গোপাল— লালা। লালা। লালা। (কোনব)

ইবেমচা— ইবুংঙো—। ইবুংঙো।

লালা— শোকন্নু—নং ঐবু শোকন্নু—শোকন্নু!

(শেলুংবা ইবেমচাগী মপাম্বোম পাইথৎতুনা)

শেলুংবা— মুপীমচা—মুপীমচা—আচ্ছা—।

ইবেমচা— পাবুং নচাবু থাদোকপিয়ু—নচাবু থাদোকপিয়ু।

(শাজৌ মু লিক্রি পায়দুনা চংলকই)

শাজৌ— থাদোকপিয়ু। থাদোকপিয়ু। কনা কনামো—ও। নং হাঃ হাঃ হাঃ—ঐ খংঙি—নংগী নবান নত্তে—নংগী পাবুংনা লান্দুনা ঐঙোন্দা পীবনি। (লালাবু কোন্দুনা) ভায় হৌগৎলু—লৌ—

মাবু লৌশিনবীয়ু—মাগী থর্ম্ম মাংত্রি - ঐ রাশরুবা অসিনি—
মা—মা—ঐগী ইচলনি ! ( ইবেমচাবু মপাদগী লৌগে তৌবা )

শেলুংবা – হায় লমচৎ নাইদবা -- করিনো নংনা তৌগদৌরিবসে—
থাদোকউ !

শাজৌ— ( থাদোক্তুনা ) হাঃ হাঃ হাঃ মসি নখোইগী নরালনি—
ঐগীসু —মাগীসু কনাগীসু নত্তে—নখোই থংত্রে মহুনা নখোইগী
অমাংবা ওইগদৌরিবনি ।

শেলুংবা -- নুপামচা মসিসু ফারকউ কুইরবদি মী অসুম তিনবা
হেল্লরুগনি ।

শাজৌ— ঐবু ফাবা - ও – হাঃ হাঃ হাঃ নখোইনা ঐবু ফাবা—
ফাহুনসু কান্নরোই — নখোইগী নরাল অহুদি কোকপা
য়ারোই—ঐ চৎলে ঐ চৎলে— ( চংখি )

কুমার-- পাবুং নুপীমচাহু থাদোকপিরম্মো !

শেলুংবা— করিগী থাদোক্রনি—লাও চৎসি লাও—
( ইবেমচাবু চিংবা—লালা লেকথত্রে—শিরে )

ইবেমহল— তামো ! তামো ! ( ইবেমচা মপাদগী নাহোক্তুনা )

ইবেমচা— ইবুংঙো- ইবুংঙো ' ঐবু হুন্দোকপিরবরা— ননাওবু
চংজফম পাররোহদ্রা ?

শেলুংবা— ইবেমচা ! নুপীমচা ! ( মপা শাগল পাইহুনা চিংহুনা পুবা )

ইবেমচা-- পাবুং ঐবু থাদোক্পিয়ু—থরাই য়াওত্রবা হকচাং অসি
পুহুনা কাব ৩,মগদৌরিবনো— ঐবু থাদোকপিয়ু। ঐবু
থাদোকপিয়ুনে পাবুং।

কুমার— পাবুং ! পাবুং মাবু থাদোকপিগ্রোনে— !

( শেমুংবনা ইতা-তাদনা চিংহ্না পুখিবা )

---

### ৬ শুবা উৎপা

**মমহাং**

( খোংকম, সংস্কার লোইখিবগী—হৈরুক, পানা তাজা থাম্বি ধুপ থাবগী মৈখু কারী )

**ঈশৈ**

পথিক পোকপা শিবা মাগী লীলানি
খংবা ঙমদে মীওইবনা ॥
কোবৌ চৈশিং শুরবদা
পুন্সি খোংচৎ লোইরবদা
কনাস্নু ঙমদে মাবু থিংবা
মাগী অকনবা খোংচৎসে ॥
মাংখিগনি খংহৌদনা
তিনখিগনি মালেম লৈদা
চেৎনা লুনা থমজবদো ,
খংনা উনা খংখিদরে
পৃম্নমকসে মীনম্বনি
লেংদবদি হরি নাম্নি
তাইবংগী অথোইবনা শোম্নফম্নি

( উথৈ লোইবদা অতোপ্পা নাকলদগী ইবেমচা ইঙাও ঙাওনা চেন-শল্লক্ল না মোংঙ্খম মথক্তা তুররে )

ইবেমচা— ইবুংঙো ! ইবুংঙো ! অমুক্তা থোরকখো ননাও লাইবক থিবী লাক্লে- ননাওনা থম্মোই শোক্লা কৌজরিবসি তাবি-দ্রবর্রা—নহাক্লা হায়রম্বদাই—নহাক হল্লকপা ফাওবা ঙাই-রমখো হায়না - নহাক্কী মাইকৈ য়েংহ্নুনা লৈজররক্লবা ননাওবু হুম্দোকপিরমহ্নুনা কদাইদা চৎকদৌরিবনো "ইবেমচা নংবু ঐনা কাওদ্রি" হায়না অমুক্তা, —অমুক্তা তাকপিরমখোনে মুংশিবা নশুং লাংগীদমক্তা ননাওনা রাশকচথিবা মাঙ্গ নংদি কাওর-বোই- করি মতৌ কৌবগে মুংশি নপাও অমতা তাহন্দনা ননাওবু খাদোক্লুনা চৎপদি মাঙ্গ কার পুকচেম্নো, ইবুংঙো মুংশিবা ! নহাক্ক তাবা ফংলবদি তাওকো— লাইবক থিরবী ঐ অসে হিংলিঙৈদস্লু— শিরগস্লু মপোক মপোক খুদিংদা নহাক্কীনিকো মুংশিবা। — হয়েংমুক্কী মপোক্তা তৎন থান লৈতনা মাঙ্গ সেবা ফংজগে ননাওবু লংনবীগম্নুকো ! ( ফিজিদগী লৈথরা লৌথোক্লুনা ) ইবুংঙো ননাওগী অবোইবা মুমিৎ অসিদা মাঙ্গ নংগী খুযাদা লৈরাং খুজোক অমতং কৎচবসে খুৎ থেংননা লৌবিয়ুকো মুংশিবা। মসিনা হন্দক মপোক্কী শিংবা ওইজগে "মুংশি লম্মল"

লিরি হুম্বা নামিবা মলয়া
মুজাগী অরাবা পাওসে
তম্বীক মাঙ্গ নাপদা ॥

ননাও লাইবক থিরবানি স্নুপীগী জাৎতা পোকপীনি
স্নুংশি নাক্তা ফমছনা
পাম্মু সেবা ফংজহৌদ্রে ॥
স্নুংশি মংগী নশুং লাংগী ননাওগী য়াইবী থরাইসে
থারগে হায়না লেপচরে
লাইবক থিবী ননাওবু
চানবীয়ুনে পাম্মুবা ॥
( ঈশৈ লোইবদা ইবেমচা থাম্বুগ্রে )

---

লোইরবা

